১৯৭২গী সরকারগী মতেংনা ফোঙবা

# স্নরন্য

অইবা

কোইজম ধীরেন

মমল লুপা ৩'০০

অফোংবা— পুখেম মায
খুরাই লম্লোং বাজার।

মখুম রেকপা— ৱাই, বুধচন্দ্র
খুরাই লম্লোং বাজার।

সত্ত পুম্নমক অইবগীনি।

অহানবা কোঙবা

মশিং— ৭,০০

৩১ মে, ১৯৭২

---

নম্ফম— নোভেলটি প্রিণ্টরস, ইম্ফাল।

# য়াওগদবা মীশক

## নুপা—

তোমচা— মন্নাই ওইরপ তৌবা ইমুংগী মীওই।

ওলাং— তোমচাগীদা থবক তৌবা মীওই।

গুরু— ঈশৈ তম্বীবা ওঝা।

কাম্ব— নেসনেল প্রোফেসার, মীৎকী মরমদা নৈনবা।

এসংরায়— রেডিওগী ঈশৈ মরেক ইবা নুপা।

পারি— ওঝা, যমুনাগী নুপা।

রাগ— ঈশৈদা ভাওজবা নিপা অমা।

সুরেস— সুরন্তগী হায়নবা নিপা।

## নুপী—

ইবেনি— তোমচাগী নুপী।

যমুনা— মচানুপী অহল।

সুরন্ত— মিত্তাংবী নুপীমচা, যমুনাগী মনাও।

# স্বরন্য

## অহানবা তাঙ্কক

তোমচাগী য়ুম।　　　　　　নুমিদাংবাইরম।

[ড্রোইং রুমনি। নাকল ওইরপ্পা দলালগী সিড়ি কাখৎফম লৈরি। সোফা অনি, টেবল্ল অম', ফোন অমা, লৈতেংনবা পোৎ-চৈ খরনা কা মচা অহুগী ফক্লাংদ ; কাহুদ লৈতেংলি।]

[যমুনা, চিঠি ফাক্তোক্লুনা পাবা]

ঈবেম্মা,

লাংতক্লুরমগনি। মরমদি—

করিগুম্বা ঈ-পাউ'মত্তা মতম চানা থংহনখিদ্রে।
থাজবা, আশাগী থৌনা পুম্নমক করিমত্তা কাম্নখিদ্রে।
হোৎনজরুবা আশা পুম্নমক, নুংদা ঈশিং চাইবগুমদ্রে॥
অথোইবা পামেলগী মউনা করম্না চাওরক্লবা মতমদা
খুৎশেমগী হোৎনবা কয়ানা চুম্মুবগী পাক্লল লৈরুনি?
হোৎনবা হায়বহুনি হোৎনবা, কান্নদবদা হোৎনবা॥
অকুপ্পা মরোল পুম্নমক ঐ লাক্লগা তম্লগে
নিংথিনা শেম শাহুনা পাখত্তনবা তম্মু নমান্দ
ফরে, শাংথনা ইররোই ; পুম্নমক ঈশ্বরনা তম্নকপনি'।

নঙগী প্যাবুং
তোমচা।

যমুনা— [মতোম্ত] ভোল্লবা মুপী ওইবীগী মপোক্তস্থ পোক্লবী
অহুগীস্থ মথক্ত— [মুঙাইতনা লুকথখিবা]

ইবেনি— [চংলকপা]
করি তৌরে ? কৈদৌরগে অহুক শুকথনা লৈরিবা ?

যমুনা— কৈশু তৌদে !

ইবেনি— কৈশু তৌদে ! কৈশু তৌদে মাগীদি—
নত্তে নওব্ মুংনাংলিব্রা ? কনাগীদমক্ত ? করিগীদমক্ত
করিনো হাযযু ? চিংনবা পূম্নমক্ত, ঐঙোন্দ হায়যু
নশানা প মত্রে, য়ানিংদ্রে হায়রে তেক্ত তোক্‌স।
পামদবা মুপান্, করিগী ইচাবু থাজরনি।

যমুনা— অহুগী নত্তেয়ে !

ইবেনি—অহুগী নত্রবদি কনাগী ?

যমুনা— স্নরস্থগী।

ইবেনি—করি হাযবা ? [হরাওবা] স্নরস্থগী
করে, মা কৈদৌঙৈ থোল্লকনি হায় ?
করবা নত্রা ? ওসিমক থোক্লকনি হায়ব্রা ?
চুথব্রে ঐগী, অরাবা নোংগী মপৈ মপৈ
থোরক্রে হুজিক্তী, নিংথিবা অতিয়া মকোইদা।
নিংথিজবা পুনিমা, নিংথিবা অতিয়া মকোইদা।

যমুনা— ইমা !

ইবেনি—করিসীনো নঙনা অহুক শুকথনা লৈরিবা ?

যমুনা— নত্তে ইমা—!

ইবেনি—ঈশ্বরবু নিংজবা কনবদগী ইচাগী মঙ্গল ওইরিবা ?

মুগুাইবদা মুগুাইবা, অরাবদা রাবা

ওসি কোক্রে অরাবা ইচাগী মুগুাইবা মপাউনা।

যমুনা— মুগুাইগদবা নত্তে ইমা, কপ্পনবনি।

ইবেনি—[শককম হল্লিন্না] কপ্পনবা!

করি হায়বা! কপ্পনবা!

নত্তে! নত্তে! মহ্ ওইখোকপা য়ায়োই—

ঐগী ইচাই পুন্সিনা অনৌবা ময়োল চোংত্রবা;

অরাবনি! মাগী ওইহৌগদবা ভুংগী পুন্সি।

[মুগুাইতনা লুকথখিবা।]

ওলাং— [মন্নুংদগী]

হো কনা কনা লৈবগে? পোং অসে য়াম্না লুম্মে।

থর থজিক্ক মতেং পাংলো-লাউদনা।

[পোং কোকথোং-নাহনা চংলকপা।]

যমুনা— [হোংচিল্লক্লুনা পোং থাই।]

পাবুংখোয়দি কদায়?

ওলাং— য়ৌরক্লনি, মখোয়স্থ ভুংদা লাকহৌরবনি।

ইবেনি—কদায় ঐখোয় মুপীমচাখোয়স্থ থুংলরে হায়বা?

ওলাং— অং থুংলরে।

ইবেনি—[লাংতক্লনা] কদায়দা লৈহৌরে?

ওলাং— য়ৌরক্লনি ইমাইবেম্মা। অতৈ লায়রি—

য়ায়দি ঈশিংলা, চারা অমত্তদি শিথকউদ।।

যমুনা— রারন্নি খুড়া, ঐ চা লোম্নুখিগে।

[চংখিব]

ইবেনি—কৈদৌরি নওস্নু, নচন্না চা লোনথ্রিদৌদ
পোৎ-চৈসি মফম চানা লোইশিনথ্রোদনা।

ওলাং— য়াম্না ফনি। [পোৎ-চৈ পুশিন্দুনা চংখি।]

ইবেনি—[মতোমৃত] শোম্বরকপা মতমদা পুক্লিংনা
অরাবা হায়বসি অমুক হায়নবা লৈত্তনা
চংশিন্নকই থম্মোইদা মুণ্ডাইঁবা পনসি নমথেক্তুনা।
মমা অমস্তুং মপাগী করম্বা দোষ তৌরক্তুনা
নত্রগা ইচানা, করি ফত্তবা কর্ম্ম তৌরকপনা
'সিংগুম্বা দশাসে ফংলিবা হন্দক মপোক্তা।
হা কৃষ্ণ! খংদ্রেদ অরাবসি খনগদবা করিনো?
নত্রগা য়েক থোকপা লৌনবা, পক্লদবগী খুদমলা?
ঈশ্বরদা করম্বা লংজরুবনা অরাবসি ফংলিবা?

[সুরস্থ অমস্তুং তোমচা চংলকপা]

ইবেনি—ইমাগী ইবেম্মা!

সুরস্থ —ইমা! [মমা মচা কোনশিন্নবা]

তোমচা—ওসিস্নু 'মুক হল্লক্লে—
অরাবা মপৈগা লোয়ননা, থোওজিন'সিদা অমুকস্নু।
লোইশিনবা ওমত্রবা লাইয়েকপগী অকায়বা,
শক্তম'স্রিদা য়েংহনা৷ লৈরি ঐখোয়না কৈদৌঙৈ
মপুং ফাবা ওইরকদগে? খন্দুনা অকায়বা শক্তুমসিনা।

ইবেনি— কাম্নব্রবা পুন্সিনি হায়রুনা হুন্দোক্লুবা য়াদবনিনা
বারম্ন য়ানা, শিত্রিকাও খাংবা ভাবনি।
অশুকপা চীংমুং-মায়ুংদা চংলগা মীওই' ঐখোয়না
মমল নাইব্রবা পোৎ কয়া ফংলকপে মতৌগুম
কাম্নব্রবা হিংনিংব্রবা পুন্সি 'সিগী মমুংদগী লৈরমগনি।
কাম্নরবা হিংনিংনবা পুন্সি 'মা, মহুদি ঐখোয়বা খংব্রবা?
তোমচা— অহুবু, থাজবা কয়ারক মাংলবা—
মীওইবগী মফমদদি, পুম্নমক অরেম্বনি।
সুরন্ত— ইমা হকচাংসি চোকথরে, ঙৈহাক্ত পোথারুখিগে।
ইবেনি— লাকও! লাকও!! চংমিন্নরসি
[মমানা মচাবু কোন্দুনা পুশিনখিবা]
তোমচা— হা ঈশ্বর! নওগী করি খুৎশেয়ো?
অসি ওইরে, য়ুম পানবগী মুঙাইবা?
মচা পোকপগী মুঙাহবা, ভাইবংপানগী মুঙাইবা
অরেং-অরেং পুখবা, মসিরনে হিংবগী মুঙাইবা?
ইবেনি— [চা কপ অমা পুহুনা থোরকপা]
মাই পাবুংমু চাসে কান্দুনা ঙৈহাক্তং পোথাবিখো।
তোমচা— ঙাইখো, রা অমা তান্নখিসি, ফম্মুনে।
ইবেনি— করি য়ানো?
তোমচা— কমদোগ্রে, করি হায়নগ্রে।
ইবেনি— কনাগীবু?
তোমচা— ইম্না মসিদি, যমুনা লুহোংবগী রাক্সু হায়বনি।

ইবেনি— ও! অতুগী বা ওইরে।
থোয়দোকপদি হায়নরমদে, অদুবু—
করিগুম্বা মুপানচাতুনা লংকৈদগী থোরকপা তারবদি
মশা-মশা অমুক্ত য়েংনহনসি হায়রকই মমানা।
তোমচা— চৎনবীগী মতুংইন্না, যমুনানা মমুন-মৈক পানপ্রগা
মমা-মপা ওইবনা, থোয়না অরাবা পোৎলুম পুররোই।
ওলাং— [থোরকপা] খুড়াইবুভো!
থবক অমা চৎকনি হায়নহুবু তোক্লগদ্রা?
তোমচা— ও! নওনা নিংশিংলকপা য়াম্না ফরে, গাড়ীদি?
ওলাং— ওসাইদৈ থোঙ্গান্দ থাহুনা থম্মী, থৌজিন্ত্রি।
তোমচা— ফরে, 'হুদি চৎলসি।
ইবেনি— হুজিক্লা কদায়দা 'মুক চৎপিগদৌরিবা?
তোমচা— ওঝা অমথক লৈ, মহু 'মুক্ত উয়রুগে।
ইবেনি— করম্বা ওঝা?
তোমচা— মিৎ তাংবগী, তাংবগা তাংদবগা খেন্নবে হায়বা
কমদৌনা পুন্সি লেনগদগে অমদি মিত্তাংবী অমবু
সমাজ 'সিদা হিংনিংহনগদগে হায়বগী মরমদা নৈননবা;
কাওরবা নেসনেল প্রোফেসার ফায়! চৎলসি লাকও!
[ওলাং অমস্তুং তোমচা থোকখিবা]
ইবেনি— যমুনা! যমুনা!! থোরকউলাও
টেবলদা চাইরিবগাসে 'মুক্ত লোইশিল্লোলাও,
ইমা থবক অমা চৎলুখিগে, তাক্লিব্রা?

যমুনা— লাকচরে [থোরকপা]

ইবেনি— সে ইমা রা হায়গে,
নঙ পাবুংগা ঐগম্ভু ভাব তানা থাংনগ্রবনি;
নঙগী লুহোং-থোঙদোং রাক্ষমদু, খঞ্জলব্রা ?
ঐ সনা শাকমদা নঙগী লিক্তু 'মুক্ত হংবিরুখিগে।

যমুনা— অহুগা ইমা! ঐগী লৈগী দিজাইন অহু পামল্লেক্কো।

ইবেনি— অনৌবা অমা য়েংলগা লোইরেদনা ইচাসিদি
চথোক্লম্মু, ইমুংসি কনামত্তা লৈত্রবনি।

[থোকখিবা]

যমুনা— [টেবলদা চাইরিবা পোৎ-চৈশিংদু ইমুংদা থমজিল্লুই]
[থোরকপা] হুজিক ইমানা হায়রম্বদুবু! [হরাওনা মতোম্ত]
ঐগী পুক্লিং লৈকোন্দ বসন্ত ঋতু চংলকক্লে
পুক্লং লৈকোল লৈরাংসে মকা ফল্লা শাৎকাইরে
থম্মোই হুবা লৈরাংনা রৈশাং মীমোক তমথবে
খোয়দাবা খোইমু পরেংনা লৈহি চুপকে গুংলরি
বসন্তগী অমুক্ত থম্মোই মপাঙ্ক তমদুনা
[সুরন্ত তপ্পা থোরকুনা থোংবাদ ঙারদুনা তাবা]
তথকপা খোইমু পরেংনা মতম্মা লাক্লবদা গুংলনি।

সুরন্ত— ইচেম্মা!

যমুনা— কল্পবা নিংখিবা, উবা কল্পরে ইমিংসিন।
অওনবা নুংঙ্কম পুক্সিগী মুগী ওইবীগী খোঙথাংদ
লুহোংবা হায়বরুসিনা অতোপ্পা শাগৈ-য়ুম্লাক্ত

য়েক শলাই হোংহ্নবা অনৌব পুন্সি শন্বনি।
শকথংদবা লম্লান অমগা চাম্ন মরুপ শেম্বনি।
ও লুহোংবা! নুপী ওইবীগী পুন্সিবু হোংহনবা॥

স্বরন্থ— [থর কম্মা কৌবা] ইচেমা!

যমুনা— করি হায়রগে? ইচেমদি তারুত্রে ঙসাইখৈ

স্বরন্থ— কদায় তানি, লুহোংবগী রাখল তাওরিগৈওদবুদি।

যমুনা— [হরাওনা চৈবা] মসি অঙাংসিমা।
ইচেমগী ইবেম্মা, তাইবংপানসে ঙসিদি, নিংথিজরে।
রাফম 'মবু নিংশিংলুবদা পুক্লিং হুন ফজথরে।

স্বরন্থ— করি রাফম্রো ইচেমা?
অমুক্তা তাকপিয়ু! ফজবগী অপেনবা করিনো?

যমুনা— য়েংউ! অম্বুক ফজবা মরামসে।

স্বরন্থ— নমিৎ উবা নঙগীদি, ফজবৈ ফজবা ঙাক্ত
অপেনবৈ অপেনবা ঙাক্ত, উবা কংলিনিদকো।
'হুবু, ঐগীদি কদায়? ইমিৎ 'নি 'সিনা
পুন্সি চুপ্পগী উররোই ফজবা হায়বা পোৎশক্তো।
অরেম্বনি পুম্নমক, ফজবগী অপেনবা করিনো?
'মুক্তা হায়য়ু ইচেম ফজবা হায়বু করিনো?

যমুনা— অরাবনি! [মুঙাইতবা] ইচেমগী ইবেম্মা!
ফজবা হায়বসি করিনো? করম তৌনা তাকনি?
ফজবা উরুবগী অপেনবা! করম তৌনা কোংদোকনি।
উবগী পাঙল রাংলবী ইনাওগী মকমদা ইচেমা।

ফজবা মশক ভাকপসি, মহি খুদিংমক ঈশিংনি।
ঈশিং খুদিংমক মহিনি, হায়বৈ রাকমদা তাম্নি॥

সুরন্ত— উবরী পাজল লৈত্রবী মিং তাংলবী ঐওোন্দদি
ফজবা হায়বা রাহয়সি চেনা শাবা লৈরাংনা
মনম চেন্দবগী মতৌগুম, ফজবা রাহয়তমক ভাইরে।
তুমগী রাহয়তমক্কি, ফজবা হায়বত্তুদি উররোই
ফজবা লৈত্রবনিনা, অথিবস্থ লৈররোই;
পুন্নমক ফজবনি, পুন্নমক অথিবনি।
মীভাংবীগী মকমদদি, চপ মান্নবা ভাকুনি॥

যমুনা— [অরাবা খোনফমদা] সুরন্ত!

সুরন্ত— ইচেম্মা! ব্রহ্মানা কংভমজবা মীওইবগী মপোক্কুদি
তুপ্পগী মুভাইবতনা শেম্বা মীওইবগী মপোক্কি
নত্তে, অরাবগী মপোক; ঐগুম্বীগী মপোক;
ভাইবংপানসিদ ঐনা করিগী আশানা হিংগদৌরিকনো?

যমুনা— সুরন্ত! পাপ-পুন্ন-নরক
মারা মৈথুনা চময়বা, সংসার'সি য়েংহনা
করিবু মুভাইগদগে, করিবু হরাওগদগে?
অমরোমদদি মহাকসে পুন্ন চেন্নবা মীশক্কি

সুরন্ত— করম্না?

যমুনা— শোইনাইরবা মীওইব্রে, অরবা মতৌ করা
চরা হেনবা চাম্নিজ্জা লৈত-লাইরগী অরাবা
কায়নবা করাগী কোংঙদবা, থম্মোইগী শিন্দুরফপা "পিরাং

'সিগুম্বা থম্মোই শোক্লবা কয়াসি উবা কংত্রবম্নিনা
মীনুংশিগী অন্নাবা, হায়বহু 'মুক লৈত্রবনি ।

সুরন্ত— [মুংশাম্বর ফুইনা হোন্নহনা] অহবু, ইচেমা—
অচুম্বা মশক থংনবা মীৎ হায়বসি পাম্লিবনি
নাকোংনা তাবা ঙাক্তনা অচুম্ব ন হায়বা ঙমজরোই
পুন্সিদা, অচুম্বা, ফজবা করিস্থ থঙবা ঙম্নরোই ।

যমুনা— খোয়থুম্নবা কোকিল খোজেল, চীংনুং তাম্না খোননুংশি
কয়া অসি তারগা পুক্লিং পোল্ল' মক্তদা
অমুক মশক য়েংনিংবগী কাম্লবা করিনো হায়্মুনে ?
[ফোন লাকপগী মখোল] [ফোন পায়থংলগা]
কনানো...... । মাম্নি...... । ও পাবুং ! ......
ইমাদি লৈত্তেয়ে...... । করি হায়্যু হায়বা ?
অং হায়গে... । অদুদি থম্লগে ।
[ফোন থম্বা]

সুরন্ত— করি হায়্যু হায়রক্লিবনো ?

যমুনা— নঙগী ওঝা অমা ঙসিদগী লাক্লনি ।
অদুগী মন্নোল হায়্যু হায়দুন হায়রক্লিবনি ।

সুরন্ত— করিগী ওঝা ?

যমুনা— নঙগী পুন্সিনা, ঐখোয়গা পুন্সিগা মান্নবা ।

সুরন্ত— ইচেমা, ঐগী ইফমদদি—
ফজবা, অচুম্বা, অশেংবসি করিনা ওনবা তারিবা ?

যমুনা— পুম্নমক পুক্লিংগী মথা পোনবনি
ফজবা, অশেংবা, অচুম্বগী মগুন লেপ্নবদি পুক্লিংননি ।

সুরন্ত— করম্না, মতু ওইথোক্তবনি।

যমুনা— লৈগী লৈ অমছাদনি, কনাগুম্বা মুংশিবনা পিরকপনা
হেন্ন ফজবোই নিংলি ; চহি কুমজা, কুমওন কয়া
মোলাংথাদা থমছুনম্মু, লৈরাং লৈমন চন্দ
লৈচু, লৈনম মাংদে ছায়বা রাভা লৈবনিদ ঃ
য়েক্লবনা পিরক্লবদি, চেগী লৈরাংগুম থম্দোকনি।
মসি পূন্নমক, পূক্লিংগী মথা পোনবা ভাক্তনি।

সুরন্ত— ইচেমা, অতুম্না থন্দুহা পুস্লিসে
পূক্লিংগী মপান ভাংহুনা শিত্রিকাও লেনবা তারবা ?
মীওইবা থুদিংমক্কী রাখলনা অতোপ্পা মীগী থম্মোইদ
করি থল্লি থংনিংবদে কক্কাইহুনা য়েংনিংবগুম
সংসারগী অফ-ফত্তগী মরমদা থংনিংবদ্রে
মিৎ অসে উজহুনা অমুক্কং য়েংনিংই সংসারসে।

যমুনা— অরাবা অমা উহুনা অরাবস্মু য়াওত্রবা
মুভাইবা অমা উহুনা মুভাইবস্মু য়াওত্রবা
নওমুক লাইবক ফবসে, কদায়দবু লৈরিগবা ?

সুরন্ত— লাইবক থিবী ঐহাকপু করম্না লাইবক ফরিবা ?

যমুনা— ঐথোয় থায় লৈরি, কৈগু থল্লমু ইবেম্মা।
অশেং অমাংগী মরমদা য়াম্না থক্লিন কাংবুনা
কৈথেল পোল্লক চংবদা কয়াদা রাল্লমগদবা ?
থল্লুরগা রাবা কীওইবদি, থক্স লোইরে হুকেনা

সুরন্ত— অভে লাইরি ইচমা, ঐস্তু ভগিদি কেখিগে।

যমুনা— অতুক কজরিবতুদি !

সুরন্ত— য়াত্র তোকচো কৈ:দৌনি, নওদনি চোপচপদবা ।

যমুনা— করিগী? কৈদৌবগী চোপকদৌরিবা ?

সুরন্ত— হোরেন নওবু য়েংবা লাকনি হায়'হুদি !

যমুনা— [হরাওনা চৈবা] মসিগী মওাংসিমা ।

সুরন্ত— মমিংবু করি কৌবগে ?

যমুনা— খংদে ! খংদে !! অতুগুম্বা বাহ্ তানিংদেকো ।

সুরন্ত— হায়দোক্‌ত্র্নু তোকচো, হোয়েল হংলগ লোইরে ।
অতুগা মশক্তি কজত্রা ?

যমুনা— খর কজে ! হং-হং-হং ।

সুরন্ত— খংজেবা, ঐবু মুংশিদজাংনি ;
মমিংফাও তাকখোকউ য়াদে হায়বা ।

যমুনা— তুমিন লৈরো, পাবুং লাক্লে ।

তোমচা— [লিচৈ অমগা চংলকপা]
কদায় ? নমাদি কদায় চৎক্লে ?

যমুনা— হজিল্লক্ত্রি ।

তোমচা— হজিল্লক্ত্রি, হায়বা ?

যমুনা— কদি হায়যুগে পাবুং ?

তোমচা— য়ারনি ।

সুরন্ত— পাবুং, ওবা অমা লাকনি হায়বতুবো ?

তোমচা— নেসনেল প্রোফেসারনি; নওনা খল্লি ।
নওগী পুক্সিদা কজবা, অচুম্বা, অকবা অমত্তা খওক্লে
মহু অশেংনমক নওনা খংই হায়বগী খুদম পিননবা ।

সুরন্ত—ঐগী রাখলদদি পাবুং ! পাউ ভম্বা তারোয়রনে ?

তোমচা—তুমিন লৈয়্. নখোয়না খংপোত্তে

মানা মী কয়াগী পুন্সিবু শেম্নবনি, অকাওবা ফিলোসোকয়নি ।

[ঘড়ী য়েংবা] মতমসে থেংজিল্লক্লে. ওবাতু 'মুক কৌরুখিগে ।

নমাতু চখোক্লয়্ হায়রম্ম্ । [থোকখিবা]

যমুনা—নও ভৈহাক লৈরমগেরা ? ঐ ইমা থিরুখিগে ।

সুরন্ত—ইভোন্ত ?

যমুনা—কৈদৌএগে. কোনশং কাওবদনি । [থোকখিবা]

সুরন্ত—ঐগী পুন্সিসিদা ফংলকখিগত্রা লুহোংবা হায়বদো ?

মতমগী মভুংইন্না, ইমা-ইপানা সংসারদগী চৎপ্রবদা

ঐগীদমক্ত কনা চোংথোরকনি তাইবং'দা থুংশগীনবা ?

মুপী ওইবীশিংগীদি, মচা অমত্তুং মপুরোইবনা

সংসার ঈপাকসি লাম্নবা অচৌবা পাম্বৈ অমনি ।

মমা ওইবী ওইরক্তুনা মচাগী পাম্বৈ হায়বদো ।

ফংলরোই ! ফংলরোই !! নত্তে ! নত্তে !! ঐগী রাখল ওয়রে

মিত্তাংবীনা পোকপা মচাদি মিত্তাংবী ওইনা পোক্লোইত্রনে ?

পোক্লকনি ; খল্লরোই মীমায়বা ওল্লরোইদ পুন্সিসি ।

কৈদোভৈদশু খল্লরোই ! কৈদোভৈদশু খল্লরোই !

পারি—[চংলকপা, থৌদেম্বা]

সুরন্ত—হো', মী লাক্লমাল্লে, কমাই ভৌনি ?

[ভৌকম থংদনা মফি-মরোল শেমজিনবা]

কনা অমতম্ লৈত্তে, কমাই ভৌনি ? ফিদাদি ?

[নাকন্দ কোইয়া মাবা]

পারি—য়ারনি ! [চৌকি চিংথোক্লগা ফম্বা] ফমজরে !

স্থরন্ত—[মমাই থর লৈথোক্লগা]

খোঙ্জেল অসি তাখিবগুম তৌরে ; অদোম্, কনানো ?

পারি—ঐ ! ঐ অস্থ...[হায়ফম থংদবা]

স্থরন্ত—ও ! ওইবম্মনি, শোয়বরোই ! ইচেদি চথোকখিবদা মঙাইরি

হন্দি হল্লক্লনি ; ঙৈহাক্তং ফম্বীথো ।

খোঙ্জেল অসি ঐনা কয়ারক হম্ম তাগ্রমাল্লে

নোংমস্থ ইচেগী লাকমিন্নহুনা অতিথি ওইগিথি ।

পারি—নত্তে ! নত্তে !! হায়রিবা মীশক্তু অতোপ্পা ওইরমগনি ।

ঐদি নৎচদে ; খোঙ্জেল মাম্নবা ওইরমগনি ॥

স্থরন্ত—থংজরে, ঐখোয় ইচেবু স্থুংশিদহুনা তৌরিবা ওইরিনি ।

পারি—নত্তে ! নত্তে ।

স্থরন্ত—স্থুংদি স্থুংশিবা জাৎ ওইরে ।

যমুনা—[চংলকপা] ও ! লেংবরক্লয়ে ।

স্থরন্ত—তো, ঐনা হায়হুনি ।

যমুনা—কয়াম কুইবিরবগে ?

স্থরন্ত—কুইত্রিমী ইচেমা, লাকপদা ঙাইরিবনি ।

থর লৈরদি, মীজোকমস্থ হোংবা তারেদনা ।

যমুনা—স্থরন্ত, লাকও চংলসি ।

ইমুংদা ঙৈহাক পোথারো লাক্লো ।

স্থরন্ত—কৈ, ঐদি ইমাদ লোইনা অমথোক্লদবনি ।

[যমুনানা স্থরন্তবু পুশিন্নুনা চংখিবা]

পারি— ঐনা শিবা কিদনা চংলক্লিবসিবু করিগীনো ?
ও ! লাংতক্লবা, ঐগী পূক্লিংনা মাগী নাক্ত পোথানিংবা ।
যমুনা— [থোরকপা] উদবা কুইগ্রে, করম পাল্লিবগে ?
পারি— শিবা ডাইনবা হিংবা ; 'সিনিদা ঐগী ইথৌ ।
—ফোন লাকপগী মখোল—
যমুনা— [ফোন পায়থংলহুনা]কনানো !…ও পাবুং।
করি হায়বা… হুজিক মাগা লাকমিন্নরগদবা
ও ! য়ারে… [ফোন থম্বা]
পারি— করি হায়রক্লিবনো !
যমুনা— পাবুংনা, ঐখোয় ইনাওগী ওঝা অমা পুরক্লনি ।
পারি— অহুদি ঐসু চংহৌবন ফরেনে ।
যমুনা— ঙৈহাক কমখো, চা থকখোও !
পারি— ব্যভার অমা থোক্লে, ঐ য়ৌগ্রগেদো
চাগা কোল্লা থক্লসি—।
যমুনা— করিনো ইথং থংনরবা পোৎসিবু !
পারি— হা, ঐ য়ৌজরগে । [পাথংনা থোকখিবা]
যমুনা— মুপাশিংসিদি পাংখিগ্রেদ, মুংশিবদনে
মখোয়না থৌনা লৈরিবসিদি থংডেদনা
অচিকপদা, মী লৈতবা মতমদা ওইরমাগ্নে ?
[ইবেনি চংলকপা]
ইমা ! ইমা ! নও ঐখোয় পাবুংনা চখোক্লম্ হায়বনি ।
ইবেনি—নত্তে মাবু হয়রক্লা ?

যমুনা— হল্লক্নি।

গুরু— [চংলকপা] ইবেম্মা মপাবুংবু ?

ইবেনি—লাক্লনি! লেংশিনবিয় ! [ফিদা পিবা]
চৎলো, গুরুগী চা অমত্তা লোনবিরুচো ?
[যমুনা চংখিবা]

গুরু— য়ায়ে, ভৌবিরুরমু।

ইবেনি—নহালগী মপাবুংগা য়াকম অমা খল্লখিবহুবো ?

গুরু— ও! ভাব তারে। ভাব তারে।
মহুগী মরমদা ঐস্থু য়াকম অমা নিংশিংজবনি।

ইবেনি—করি য়াকম ? [য়ায়া ভানিংনা]

গুরু— মুপামচা অহু লৈরে।
ওসি অসি পুরক্নুনা য়া অমা খংনথোক্লসিরা ?

ইবেনি—য়াইনে। মপাবুংনবু করি হায়রম্বগে ?

গুরু— ওসি 'সিমক হায়রম্বনি।

ইবেনি—অহুদি গুরু, খিম্বহনবা য়াদে।

গুরু— করিগী খিম্বহল্লুগদগে ? ঐ অমুক য়ৌরুখিগে।
[থোকখিবা]

ইবেনি—হায় মুপীমচা, চা লোল্লক্নবস্থ য়ারনি।

সুরস্ত—[থোরকপা] হুজিক লাক্লবহু কনানো ?

ইবেনি—নওগী গুরু।

সুরস্ত— কৈদৌরবা 'মুক চৎপ্রবদি ?

ইবেনি—য়ায়া থুনা হল্লকনি হায়।

সুরন্ত— অছুদি ঐগী তালপুরা পুথোকপিরম্মু !

ইবেনি— ঔরাইরগে হাযরিবা ?

সুরন্ত— গুরুহ্ লাক্লনি, হৌগৎপা য়ারে।

ইবেনি— করে লৌথোকপিরুখিগে— [চংখিবা.— ফক অমগা তাল-
পুরা অমগা পুহুনা থোরকপা, ফক থাবা]
সে, সে 'সিদা থাবিরগে, [ফক থাব] তালপুরা অসি পাই-
জরে'সে [তালপুরা পিবা] ঐ ইমুংগী থবক-ইনথাং লোই-
শিন্নুখিগে। [চংখিব]

সুরন্ত— [তালপুরা অহু লোংথোক্লগা অমুন কাপ্পুনা শান্নে।]
ঙৈগাক পোশাহুনা]
নিংশিংলকই মানা ঐঙোন্দ হায়রম্বশিংদো
'শক্লরোইত্রা নঙগী মতম অমগী ঈশৈশদো'
মানা ঐগী পুন্সিবু কনবিরকখি,
অহুগা পিখি অনৌবা পুন্সি অমুক।
মহাক্না হায়রম্মী; ঐ 'মুক হল্লকখিগে
মাগী আশাদ, ঐগী পুন্সিসে হিংনিংঙি।

তোমচা— [চংলকপা] কদায় ? নঙগী ওক্সাদি লাক্লম্মব্রা ?

সুরন্ত— মী লাক্লমাল্লে। পাবুং লাক্লমাল্লে,
গুরুদি য়াম্না থুবা থবক অমা চৎলুখিগেয়ে।

তোমচা—অহুগা নমাদি ?

সুরন্ত— হুজিক্ত ইমুং চংখিবনি।

গুরু— [চংলকপা] নমস্তে।

সুরন্ত— গুরু লেংলক্লব্রা ?

তোমচা—লাক্লে ইবেম্মা, গুরু লেংশিনবিয়ু ।

কদোমদা 'মুক লেংথোকপিরুরগে ?

গুরু— নহাক্নগী রাকমদো, মচুশ্রীনি ঐনা চৎচরুরিবসি ।

তোমচা—নহাকগী রাকম ! ও ! নিংশিংলক্লে ।

মচুবু কমদোৱা তারবগে ?

গুরু— হোরেল ওাংনরসি. মাগ-ঐগা শোয়দনা লাকমিররগে ।

ফরে ইবেম্মা ওসিদগী অনৌবা পারা অমা চত্থরসি

সুরন্ত— করি পারা, কয়ম্বা ?

গুরু— ঈশৈগী স্বর ময়েক থংলবনিনা হুজিক্তী

ঈশৈগী অনৌবা রাগ অম্বা হোৌবা তারেদনা ।

কদায় তালপুরা প.ইথঙু ঈশৈগী রাগ'মা ওংলসি ।

[গুরুনা ঈশৈগী স্বরলিপি ওংবা, সুরন্তনা তালপুরাগা

লোয়ননা মভুং ইনবা, সুরন্তনা থুম্বা ।]

ফরে স্বর চানরবনিনা ঈশৈগী রাগ ওংলসি

'হুদৈ ময়েক হাপ্তুনে অম্বা হৌসি অমুক ।

[খমাজ রাগগী স্বরলিপি হায়রবা, মথংদা আকার

হাপ্তুনা ওংবা, গুরু অমসুং সুরন্ত পুন্না ওংমিল্লগা ]

হৈরব্রা ইকেমা । অমুক্ত ওংঙু তাসি ।

সুরন্ত— লাইবক য়েংজগে গুরু ।

[রাগ অহুমক ওংবা]

গুরু— রাম্না ফজনা তারে, স্বরস্থ নিংথিজনা থংলে ।

সুরন্থ— ওঝনা য়ারনি হায়ত্রা ? [হরাওবা]

তোমচা—হে মমা !/ লাওনে, ইচাগী ঈশৈসি তারৌলাওনে।

গুরু— 'হুদি মথা 'মুক

ছুজিক শক্লিবা রাগছুগী চানবা ঈশৈ 'মা ঙংসি।

সুরন্থ— করম্বা ঈশৈনো ?

গুরু— ভজন ওইনা শকসি ।

ইবেনি— [হরাওনা থোরকপা]

কদায় ঈশৈ অহুবু শকগ্রত্রা ?

তোমচা—লাংবা য়াদে, শকদৌরে। ভুমিন্না কম্মু।

গুরু— ঈশৈগী খ্বাইদগী মরূদি রাগনি

রাগ শোয়হনবা য়াদে, নিংথিনা চুম্না শকদবনি।

তোমচা—গুরুখোয়গী নপুন্জিসি ওঙ্গোক্না কল্লইদা।

গুরু— করিগী ?

তোমচা—সংসারগী অরা-মুঙাইগী মরমদা করিম্থ খন্দনা

মুঙাইবা ঈথক্ত তাওহুনা লৈজবা ফংলিবসি।

গুরু— হোয়, মহুম্থ হায়রবা মরাবনি,

অহুবু, কালা বিদ্যাগী মরমসিদি,

শেল পাইবা, চাবা রাত্তবা ইমুংগী শিনকম্নি।

তোমচা—করম্না ?

গুরু— খন্দুনা য়েংবিয়ু। নোংমগী চান্না তাল্লিবা

মীশক অহুনা করম্না মতম অম্নাম্বসি মাংগদগে ?

তোমচা—হোয় অহুগীবুদি টুম্মী।

গুরু—অহুগা রায়া লুবা অমস্থ লৈরি ?

তোমচা—করি অমুক !

গুরু— থরাই মুণ্ডাইত্রবদি, মসিগী সিনকমসি পাক ওইদে।

ইবেনি—কায়দে গুরুমচা, ঈশৈছুম হৌনবা তৌরসি।

গুরুগী চা লোনখংলম্মীবনি।

তোমচা—করে গুরু, মথা চথবিরো।

গুরু—ইবেম্মা অহুদি হৌরসি।

[ভজন স্থর ময়েক হায়রগা ওংবা]

য়ারত্রা, নও খওলত্রা !

স্থরন্ত—গুরু, লাইবক য়েংজগে।

গুরু—অহুদি শক্লরোদনা তারসি।

স্থরন্ত—[যাম্না নিংথিজবা ভজন অমা শক্ল্না তাহনবা]

গুরু—নচা ইবেম্মগী মখোনসিবু কমদোগে ?

খোল্লে-খোন্দা কজত্রা, হেকপা লাকপা তাবা মুণ্ডাইত্রা ?

ইবেনি—হোয়, ঐখোয়গীদি করিস্থ খংদে

গুক করে হায়এগা লোইরে চা পৌথোক্লখিগে।

[হরাওনা চংখিবা]

গুরু—মসিমস্থ মমুণ্ডাই অমনি।

তোমচা—অহনবু কালাগী মগুন হায়নরিদনা।

মীহৌরোল চা কয়াদ স্থর ঈশৈগী মগুনবু

অরাংবা থাক্ত মমহুনা লৈরি ওসি কাওবদা।

এসঃ রায়—[হরাওনা চংলকপা!]

ওবাবু পাউ মুণ্ডাইবা অমা পুজরক্লি।

গুরু—কনাগী পাউ ?

এস: রায়—ইবেম্মা সুরস্থগী ?

সুরস্থ—ঐগীনি হায়বা ? করম্বা অনৌবা পাউ।

এস: রায়—ওঝাগা ঐগা তাম্নহুনা, নহাল নো মা রেডিওগী

ঈশৈ শকপগী চাংয়েংহু হন্দক থাগী অরোইবা

ভারিকসিদা শোয়দনা তৌরনি হায়হুনা চে পিরক্লি।

—ফুরিৎখাওদগী চে পুথোক্লুনা পিবা—

সুরস্থ—[চে লৌরহুনা] কদায় ? ঐ থমজগ্নগে !

ইবেনি—[চা পুহুনা থোরকপা] [অনি থনম্নগা]

সিদি, মী অহুম শুরম্নেদনা। [অমুক চংখিবা]

তোমচা—হায়রিবসিনদি গুরু, খর কম্না হোৎনদবা য়াদ্রি।

গুরু—হোৎনরগা লোইরে।

এস: রায়—অহুবু পূম্নমকসি ওঝাগী খুত্তা লৈরে।

গুরু—কমদৌনা ?

এস: রায়—মথুৎ পাইহুনা তম্বীরিবা ওঝাগী মহৈ নত্তনা

করম্বা, কনাগী থৌজ্রাল অতোপ্পা ’মুক লৈরিবগে ?

তোমচা—চুম্মী, ইবুঙো হায়রিব’স য়াম্না চুম্মী।

করি হায়গে গুরুমচা, গুরুনা কৃপা তৌবিয়ু।

মতম হায়র লৈরি, কম্না হোৎনবা য়ারি।

ইবেনি—[চা অমা পুহুনা থোরকপা] [চা পিবা]

ইবুঙো কমদৌরি ? খর মুঙাইরিব্রা ?

এস: রায়—[চা লৌবা] য়ারবনি ! অশুম পংপৈ মরৈরি।

সুরন্ত—নম্ভে গুরু! ঐবু মীমাং থোকপা ওয়গত্রনে ?
হৈরে হায়বা হুজিকফাও, থাজবা ওমত্রি ইশাদ।
ইবেনি—করিনো ময়াম্না শুংনবিরম্নীবসিবু।
গুরু—হেরা, নচা ইবেম্মগী ঈশৈ শকপগী রারীনি।
করিগী মীমাং থোকপা ওমদনেগে,
রাগ হায়র কজনা খংলে, খোল্মা হায়রা য়ারে।
চিংনবা করিমত্তা লৈরুসু, থাজবা থম্মু পূক্লিংদ।
অত্থনা ইবুংঙো নওগা রা অমা তায়দবা য়াদ্রে।
এসঃ রায়—করি রানো?
গুরু—ঈশৈ ময়েকী মতাংদ।
এসঃ রায়—হুজিকসু য়াওরি, য়াগত্রা য়েংবিয়ু।
[ঈশৈ ময়েক অইবা পুথোক্কুনা য়েংহনবা]
গুরু—[হায়ফেৎ য়েংলগা] য়ারেনে, 'সিদি য়াম্না কজরে।
এসঃ রায়—অচিন্নবা থবক অমা লৈহৌরি।
ঐস্থ 'মুর্ক য়োনবা তৌজগ্রগে। [থোকখিবা]
গুরু—অত্থদি, ঈশৈ ময়েকসি য়েংখিগে।
সুরন্ত—য়াম্না কনি গুরু!
ইবেনি—হুজিকীহুবু কনানো?
গুরু—য়েডিওগী অকাওবা ঈশৈ ময়েক ইবা মুপানি।
ইবেনি—মাই পাবুং! ইমুংদা 'মুক্ত লেংশনবিরকউ।
তোমচা—করিগীনো?
ইবেনি—রা 'মত্তা তায়সি, ওসাই গুরমচাই পাউহুনি।

তোমচা—স্বাইদা সুম ভাংনবা য়াত্রা ?

ইংেনি— মাই পাবুং 'সিমা তাব তাবিখিত্রে।

—চা য়াসশিংছ পুশিন্দুনা চংখিবা—

তোমচা—অহুদি গুরু ঙৈহাক ক্ময়খো।

—চংখিবা—

সুরন্থ— ওঝা ঈশৈ ময়েক্কু পাবিরক্লো!

ঈশৈ—

হো মীওইনগী পুন্সি

তাইবং ঈপাক্কী কোন্জোলগুম

তরং মালংদ হিংলিবা।

মুত্তাইবা পুন্সিনি খল্লুবা

অন্নাবা লৈচিলনা কুপত্রে।

নিংবা কায়রবা ঈশৈনা

অভিয়া পূম্বা নিনত্রে।

অন্নাবা পিগী ঈরিক্লা

মালেম থুংন চেনত্রে॥

হিংলুগে লাকপা পুন্সিনি

শিরগে খত্রে গুসিদি।

[ঈশৈ শকপা অমিটৈদ, ঈশৈগী তাওয় বা রাগ চংলকপা]

রাগ— নঙগী য়তন্ন অমগী ঈশৈদো ওসিন্নু'মুক।

[ঈশৈ শকপা থংলেপ লেপই; গুরুনা মুন্না য়েংই।]

সুরন্থ— মাম্নি, এ'মুক ঈশৈ শক্লে।

গুরু— কনানো ইবুঙো নঙবু ! করি থৱক্নো ?

রাগ— ঐ কনানো খংদ্রে, ঐ ঐ নত্তগুম্ব।
কজবা ঈশৈগী সুম্বরবু কাহুনা তাম্নগে খল্লিবা
লৈচিলনা শেম্বা শক্তম্ব কোনগে হায়না থৌরাংলিবা
মীওইবশিংগী মরক্ত, ঐস্নু অমনি, ঐস্নু।

গুরু— অপংবা, করিগীদমক্ত নঙ ঙাওরিবনো ?

রাগ— নোংমম্ব কম্না তাম্নখি, ঙসিস্নু কম্না তাম্নরি
মীওইবা কয়াস্নু তাম্নরি, ঐগী ইতৌ ভমহুনা।
কজবা থাবলগী মঙাল্লবু কাক্সিন্দুনা থম্লগা
পুন্সি চুপ্প, ইংন-চিক্ক লৈকগে, ইংন-চিক্ক।

সুরন্ত— নঙগী খোঙেল'সিগী মপ্পান্না ঐনা হিংজরকপনি।
মতম অমদা নঙনা হায়খি। হায়খিদ্রনে ?

রাগ— হায়খি, ঐনা নঙোন্দ্রবা হায়খি।
নঙগী ঈশৈদো ঐগী পুন্সিনি, ঐগী পুন্সিনি।

সুরন্ত— নঙনা ঐবু শিরুরবদগী হিংহনবীরে।

রাগ— নঙনস্নু ঐবু হিংহনবীযু।

সুরন্ত— হায়য়ু, মতম অমদা নঙনা হায়খিবা
নঙগী রাশক্তু করিনো, ঐবু খংহল্লু।

গুরু— করিনোনে, নখোয়'নিঙ্গা ঙাংনরিবদো।

সুরন্ত— শিরুরবা ঐগী পুন্সিদগী মানা কমক্সিরকপনি।

গুরু— করম্না ?

সুরন্ত— মহুগী শাংলবা য়ারী অমস্নু ঐদদি।

গুরু— শাংলবা রারী অমা ।

সুরন্ত— মায়ি, শাংলবা রারী অমনি ।
নহাক 'মুক ঈশৈ শরুরোইব্রা ?

সুরন্ত— নওগী ঈখৌলাংবছ্ কোক্তিব্রা ?

গুরু— তাব অমত্তা তাবা ওমদে ।

ওলাং— [চংলকপা] গুরুবু নমস্তে ।

গুরু— ইবুঙো সেংশিল্লকউ ।

ওলাং— কনানো যসিদি ? [রাগদা য়েংলগা]

রাগ— ঈশৈগী অঙত্তা ভাওজনা ওঅাংচরবা মীওইনি ।

ওলাং— 'হৃগা কৈদৌবা লাক্লিবা ?

গুরু— ইবুঙো 'মুক্ত তাব উামা হংঙু ।

রাগ— খোজেল অমা তাখি,
মচুনা ঐবু চিংশিল্লক্তুনা মকম'সি থৌরক্লিবনি ।

গুরু— 'হু ওইরগা নহাক, ঈশৈ তায়ি ব্রা ?

রাগ— তম্লিংদে ।

গুরু— মরমদি ?

রাগ— ভুরেলম্বা মকর্মদবু ঈখৌলাংবা লৈরমগত্রা ?
ঐনা শাল্লিবদি মতম চুপ্পা ঈখৌলাংবনি ।
ঈখৌ লাংবা কৌক্লিবা পেমা খকচিনবছ্ নত্তে ।

ওলাং— করিনোমে খসি অভাংসিবু তাওব্রা ?

রাগ— অভাওবত্রম তত্রা !

ওলাং— অভাওবা নত্রাদি নঙবুদি ।

রাগ— মানবা ওইরমগনি।

গুরু— হুজিক্কী ঈশৈ শক্তে নহাক'মুক হনগ্রোদনা।

রাগ— অমুক্কংগা তানিংলি।

ওলাং— চংগ্রো চৎলো।

রাগ— ঐবু।

ওলাং— নঙবু নত্তদি কনাবু ওইনি?

রাগ— অহুবু ভাইখো, পোথসৌরবা ঐগী পুক্সিনা পাম্মী—
ঈশৈগী ফজবা কালানা, মীওইবৈ অরাংপা মেনখংলি
রাথলগী লমদমদা পুহনা. পুক্সিগী অরাবা কাওহল্লি
মহুনি ঐনা পাম্নিবা মাগী ঈশৈগী সুরদগী।

ওলাং— ঈশৈ শক্করোই প্রভু, লেংবিরো।

রাগ— ঈশৈ, জগৎ অমম্নং মীওইবা
করিনো মথোমগী লৈনরিবা মরি, মীওইবৈ পুক্সিগা।

ওলাং— নঙ চৎলো হায়বসি হাররোইএ।

সুরন্ত— মাগী অপাম্বহু মনিং থুংজসনু কৈদৌবগে।

ওলাং— ইবেম্মা নঙ থঙপোত্তে, সুপা'সি অভাওবনি।
লাকও! লাকও ইবুঙো, থোক্লসি লাকও!

[মখুদাং পায়হনা চিংবা]

রাগ— [য়ানিংদন] শকখোকো নঙগী ঈশৈদো মতম চুল্লা
নঙগী মতম অমগী ঈশৈদো, শকলি ঐগী অন্নোইমুংল
নঙগী ঈশৈবু তারগা ভপথক্রবা পুক্লিথলে, পোথাগনি।

ওলাং— চৎলসি লাকও হাররগা [কপ্পা চিংবা]

রাগ— নঙগী মতম অমৈ ঈশৈনা,
হৌগ্রবা পুন্সি রারীগী লংজিন অমনি ঐগী।
—ওলাংনা চিংছুনা পুথোকখিবা—

সুরন্ত— ও! শকখংদবহু চৎগ্রবা?
গুরু— চৎগ্রে।
সুরন্ত— চৎগ্রে হায়বা! ও! চৎগ্রবা।
গুরু— করিগীনো মাগী খোঙ্জেলসি তারগা
নঙোন্দ নিংঙমদবা পোক্লিবা?
সুরন্ত— মহাক রাম্না মুংশিবা মীশক্লি।
গুরু— কমদৌনা?
সুরন্ত— মানা ঐগী পুন্সিবু কনবিরকপনি।
গুরু— কমদৌনা?
সুরন্ত— নোংমা,
ইচেনা ঐগী অশোয়বা তক্সা পন্দুনা চৈরক্লবদ
ঐনা নিংঙমদবা পোক্কুনা, অশোয়বা ঐগী পুন্সিনা
অকবা সমাজ মরক্ত হিংবগী রাখলদৈ থৈজোরকুনা
শিরুরগে হায়দুনা, ঈশিংদ চোংথরকুরবনি।
অদুদৈ, ঐগী পুন্সিসে মানা, ঐগী পুন্সিসে।
গুরু— মানা কনবিরকপনি 'সি নত্রা?
সুরন্ত— মাদি, মানা ঐবু শিরুবদগী কনবিরকপনি।
গুরু— করি হায়বা?
মানা নঙবু শিরুবদৈ কনবিররবা, অদুদৈ কমদৌবা?

সুরন্ত— মরক মরক্ত ঐনা ঈশৈ ঙম্বা হৌগংলকপদা
ঐগী মিহুৎখোং মপাদ, থোংজিম ময়াদ
ইভগুক্তনা লেপ্লম্মী, অম্রম্ম ইমানা হায় ।

গুরু— মতম অহুদা নঙগী অহল-লময়া করি হাঁরি ?

সুরন্ত— মাবু ঙসিকাওবদা অঙাওবনি হায়হুনা লৈরি । ·

গুরু— নঙদি মাবু করম্না খল্লি ?

সুরন্ত— ঐদি মাবু অঙাওবনি, ঙাওবনি হায়বা থঙদে ।
অসুম তৌহুনা, চহি অনি অহুম হৌরবনি ।
অহুগা ঐনা মাঙোন্দ রাশকাথিবা মপু দৈ ।

গুরু— করি হায়না ?

সুরন্ত— মতম অমগী ঈশৈদৌ,
নঙবু মতম চুপ্পা ভাহনগনি, মতম চুপ্পা ঐমী । '

গুরু— অহুবু নঙদি, মতমগী মতুংইন্না
চৎনবা মতুংইন্না, মুপা ওইবগী পূজিদি থংলক্লা ?

সুরন্ত— [মুংশাথর থপি হৌরইনা]
রাশক্লমদবা মাবনি, অহুবু মবু জাবনা
পাবুংমা ভাথি-ভাথি চৈথই, শাজানমেন্রহুনা
ঐনা মাগী মথমদা থৌবা কনা রাশকাথিবার ।

গুরু— ও ! ভাব ভারে ।

ইবেনি— [লৌরকপা] ইবেনা মিতবু চৌকথাক্লা ?

গুরু— চংলো ! চংলো !! রারগা ঙৈহাক পৌথাকরো ।
[illegible] মায়া ভাঙ্গে, পারক্লগাদা

সুরন্ত— অহুদি গুরু ঙৈহাক পোখাবহোখো।

ইবেনিনা শমহুনা চংখিবা—

গুরু— পুন্সি 'সিবু করি থোয়না মুঙাইরমগদবনোসে।

তোমচা--ইবুঙোগী রাকমহুনা কমদৌবা?

গুরু— ও! রাকমহু হৌদোকচগে। সুমদৌবনিমা

সুপা মচা অহু কন মনিংখিজে, চংখোল্লি।

মহৈ হৈ, মগুণ লৈ, মশক কজে' পংতা ভাদে

হুজিক হুজিকমক মাগী অবাৎপসি শেলনি

অতৈ লাইরি ঐদি, মাগী মথাহুহুম পাম্মুরি।

তোমচা—করিগী?

গুরু— ওহোক্রা কগ্রবা। য়ারবদি ঐদি মখা চখহল্লিংবনি

তোমচা—মহু পুন্নমক্ত মাগী য়ান্নবগী মখা পোল্লি।

গুরু— করেনে সুপামচাহু অমুক্তংদি উন্নহুনা ঙাংনখিসি।

হুজিক কৌজরুচো হায়বিরিব্রা?

তোমচা—য়ারবদি ওসি সি,

অমুক্তং উন্নহুনা য়াম্না কুপ্না রারী শাজনিংই।

গুরু— ঐ ওসি শোরদনা থিহুনা পুজরকে।

থোকখিবা—

ইবেনি— [থোরকপা] করি হান্নরেে মাই পাবুং।

তোমচা—মাগা লাকমিন্নরগে হাররে।

ইবেনি— করে, লাইখাই ভানবা ঙাংনবিখো।

অহুগা সুপামচা 'হুদি হাম্না মশক খংবিরব্রা?

তোমচা— খরদি খংঙে, লম য়ৌঞ্জি। হোংলখিমি।

কায়— [য়াম্না চীংলেম্না চংলকপা]

তোমচা— ও! প্রোফেসারমু য়ৌখিয়ল্লে।

কায়— লাকচরে।

তোমচা—চংলো ইবেনি, চা অমত্তা লোল্লুচো

কায়— য়ারে! য়ারে। থকচক্রবমু য়ারে।

ইবেনি—হঙ্গোইক্রা? মহাওনংদি অংথবা! অঙ্গংমু- কৌথোরকখিগে [চংখিবা] [সুরস্তপা থোকখিমরকপা] ফম্লু ইবেম্মা, চা লোল্লুখিগে—[চংখিবা]

তোমচা—অহু অদোমগী পারা মতম্বী'হু কমদৌবা?

কায়— ঐখোয়না নৈনজরিবসি মীওইবৈ ইঞ্জি মন্তাসিনি।

তোমচা—ইঞ্জি মঙা।

কায়— অহোম, মীৎ, নাকোং, নাতোন, অমম্বুং-লৈ উমলা মসিগী মপান্না ঐখোয়না পোৎ থুদিংমকপু তোঙান-তোঙান্না, খেন্নবা মওক তাকপা ওয়গনি।

তোমচা—কজবা হায়বসিনা কয়িনো?

অহুগা অচুম্বা হায়বসিনা কমদৌবা?

কায় – কজবা হায়বসিনা পুক্নিংগী অপেনবনি

অহুগা অচুম্বা হায়রসিনা মীওইবৈ পুক্নিংনা অহানবা খল্লকপা রাখলচনি-অচুম্বা হায়রিবনি।

তোমচা—কজবা, অচুম্বা অমসুং মীওইবৈ পুক্নিং হায়বা মঙ্গলশিং'দিনী থুরুম অমবমরং তাসিবা।

কায়— য়াইনে, মুন্না অাশিয়ু ঐ হায়জগে।
নাকেংনা অাবা, খোঞ্জেলগী মরমদা
প্‌থ্বীদা লৈরিবা মীশিংগী তোঙান তোঙানবা শককম
'মত্তা মায়দনা খেন্নবগুম, খোঞ্জেল থূদিংমক তোঙাল্লি।
তোঙানবা মীগী খোঞ্জেল, তোঙানবা খোঞ্জোক খোকপগুম
খোঞ্জেলশিংঅী ঐখোয়না মীগী মশক লেপ্পা য়াই।
তোমচা—হোয়, মচু তশেংবা য়ানিংঙই,
মরমদি ঐগী খোঞ্জেল, নঙগী খোঞ্জেল তোঙাল্লি।
কায়— খোঞ্জেলগী য়া লোইঙ্গে, উমশাগী মরমদা;
পোৎ থূদিংমক 'মত্তা মায়বা মওংদ লৈতে
মশিমশু খংজিনবিয়ু মীওইবৈ উমশা হায়বা
ইন্দ্রি'সিগী মপান্দগী মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ
প্‌থ্বীদ লৈরিবা, পোৎলম কয়া অশিবু
ইরাই লাইনা উবগুম খঙ্গোকপা ঙমগনি।
তোমচা—হোয়, উমশাবা খঙবা পোৎলম কয়াস্থ লৈরি।
কায়— মথংদনা নাতোনবী মপান্না
মনম নম্বগীস্তু ঐখোয়না পোংশক থরদি মথংই।
ফুগাইনা শাংল্লিবা লৈরাংগী লৈনম থোইনা খেন্নবনি।
থন্মাল, উথন্মাল অমসুং লৈহাওগী লৈনম খেন্নরিবনা।
মসি মনমগী মচুংইনা লৈশক লেপ্পা লাইগনি;
লৈশকা লৈনমগা চুনা থন্নগগা হায়না।
তোমচা—হোয় মচুসু য়াম্না চুম্বা রাকমনি।

কায়— অহুগা অমনা, লৈগী মহাওদগীস্থ ঐখোঞ্চনা খংই
অথুম্বা, অখাবা, অশিনবা মহুদগী ঐখোয়ন।
চাবা য়াবা পোংকী মশক মথৈস্থ খংই ।
মহুদি চাগী মহাও, শঙ্গোমগী মহাও, খোইহৃগী
খংলোইদ্রা মাঙোন্দা হুজিক চিঙ্গাকী
পোংলম অমা থিবদা হেক্ত মশক তাক্লকনি ।
তোমচা—হোয়, 'হুম তৌরবদি হিংবগী অর্থ লৈরকনি।
অহুগা মমিং ভাংবা মীনা 'হুক তপ্পা চংলিবহুদি ?
কায়— মখোঙ তেকপা মীস্থ থুনা চংপা ওমদে।
হাজিক্কী মহুগী মরমদা করিস্থ রানিঙাই লৈত্রে
জীপ, কার, পোখাবা য়াবা গাড়ী কংলিমথৈ।
তোমচা—মহুদ য়ানিংদবা অমদি লৈরি।
কায়— য়ানিংদবা 'হুস্থ লৈখিসম্থ—'হুগা সিমস্থ খংজিনবিযু।
অঙানবস্থ নত্তবা, অমম্বস্থ নত্তবা
পুয়মক'সিগী খংনবৈ চাং ওন্নবদি পুক্লিংনি ।
মিং অমা পাল্লি, মহুনা পুয়মক খংই
মহুনা মচু লেপপি, মহুনা কজবা লেপ্পী
কৈ কত্তে খংই, অওইবা ওইদবা খংই।
মীনম্বা য়াদে, অচুম-অরান পুয়মক
মানা লেপই হায়হুনা অদোমগী পুক্লিংনা থাজবিয়ত্রা ?
তোমচা—হোয়, মহু হুজিক কাওবদি থাজরি
মরমদি নাকোংনা তাবদগী মিংনা উবমা কাজনৈ ।

কায়—চুম্মী, কজবা, অচুম্ববু, মিৎনা লেপই থাজনবিরি।
অহুগা মিৎ হায়ন'সিদি অরোইবা নত্তে
মরমদি, পূক্লিং হায়বা অচৌবা, অচুম্বা মশক ভাকপা লৈরি।
পূক্লিংগী শরক লিশিংগী মচেৎ অমত্তনি মিৎ'সিদি।

তোমচা—করম্না ?

কায়—অচৌবা পাম্বী অমথকী উনা 'মক্তং ঐখোয়না
উরগা, য়েংলগা, খংলগা, করম্বা পাম্বীনো খংবগুম
মিৎ হায়বা 'সিদি চাওরবা পাম্বী অহুগী
মহৈ য়ায়বগীদমক মপান শাৎপগা অমহানি।
উনাগা অমহানি মিৎ'সিদি মীওইবৈ পূক্লিং হায়বসিনা
খ্বাইদৈ চাওবা ঈশ্বরনা পিখোয়কপা মিৎকী মঙারি।
পূক্লিংগী মিত্তী কৈদৌঙৈদস্থ অভাংবা তাংদবা লৈতে।
শিগ্রিফাও পাংহুনা, উনহুনভা লৈগদবনি খংবিরব্রা ?
অকবা, অখিবা, অচুম্বা, অরানবা, অহাওবা-হাওতবা
লেপ্পা ভম্বদি ইন্দ্রিগী পূক্লিং হায়বসিতনি।
পুক্লিংনা খল্লুনবগী পাম্বৈদি মিৎ হায়বসিদনি।
পূক্লিংগী মশক মুয়া খংলবা মীগী মফমদদি
মিৎ হায়বা ইন্দ্রিগী ভুপ্পগী লৈতেংতগী ওইরকই।
'হুনা, মিৎ তাংলবা মীগীদি পূক্লিংদা য়াওরিব
মিৎসিনা খ্বাই পূময়ক্তগী হেন্না থৌনা উগনি।

তোমচা—পূক্লিংবু ! হুমঃ মহু ঐ থাজবা ভয়োই।
করম্না মীওইবা ঐখোয়গী মিত্তগী হেনবা মিৎ

পুক্লিং হায়বা'সিবু নগাক্না ওইহনিংলিবন্নো ?

কায়— ঐঙোন্দগী টিকা পাম্লিবহু চুপ্পী।
খাইদে মুংশিবা খোজেল, খাইদে কজবা পোং
খাইদে অচুম্বা, মসি পুক্লিংগী মথা পোনরনি।
মসিদা পুক্লিংনা য়ানিংত্রবা পুম্নবক ওম-তৈননা লৈখিনি।
মনম মুংশিবা লৈ 'মা য়েক্রবা মুংশিদবনম পিরক্লবদি
মহু খাইদে নমথিবা পোং অমগুম থক্লকই।
মপানগী ইন্দ্রিদে কংলকপা পোং খুদিংমক ঐখোয়না
অচুম্বা, কজবা, অরানবা; অথিবা, অথুম্বা, অখাবা
লেপ্নবগী খাইদৈ চাওবা শরক্তি পুক্লিং হায়বা 'সিতনি
মহু ওইরবদি মাঙোন্দ, মিৎতাংবৈ রাখল লৈরোই।

তোমচা— ইবেম্মা, নঙ ঙসাইথৈ ঙাংনরিবসি তারব্রা ?
প্রোফেসার কয়ানা হায়রিবা পাম্বৈ 'সিনা নঙগী
মিৎ উদবনা উবগুম; চপ মান্নবা লৈগনি, থারক্লা ?

সুরস্তু— 'হুগা ঐনা য়ানিংদবা অমা লৈরি।

তোমচা— করিনো নঙনা য়ানিংত্রিবদি নঙ ওঝাদ হংহৌরনা।

সুরস্তু— হংজগেকো ওঝা ? অয়েকপা লাই 'মা লৈরে
মহুগী মচুদি কমদৌরা লেপ্কনি।

কায়— মহুগীদি য়ায়া কুপ্পে, হুবু হায়গে ত্রাও—
শয়া হায়রবদা, মচু-মচু খেল্লবে মক্লুইয়া
অঙাংব, অঙৌবা, অশংবা, অমুবা হায়রা সিদা
য়াওরিবা মচু-মচুগী কুংশিনবগী চাং মক্লুংইন্না

ইরাই লাইসা খংদনি, অঙোৎবনি অঙাংবানি হায়বা।
অহুগা মামকদসু থরু-থয় খোয়বা লৈ।
মহু ঐখোয়না 'পুংনা মাকাই' মনদুদে, খঙদনি।

সুবন্ত— করে. মহুমসু শাজরগে।
অহুগা লেন্না, কিদী মচুদি।

কায়— মহুসু সুংশানা য়েরকপদা উনশানা লেপকনি, মরমদি—
শয়া হায়রবদা অমুকা ফি শেং-ইনগা
সুংশাদ হেন্না শাই, অঙোৎনা ফংই।
অহুম তৌরহুনা অমুঙ্গা, অশংবদা, অঙাংবদা, অঙোৎবদা
লোইনা খেনবা কৈশা ফংই; মনমসু খেৎমে।
অহু মহাক য়ানিংলবা, অমুক্ত হায়য়ু তাদি।

সুবন্ত— করে, মহু য়াজরগে, অহুগা লৈ-ভুবগীদি।

কায়— মহুনা হেন্না লাইগ্রে। মরমদি—
সনারৈগী মচু, মচুহুগী অতে অঙোয়া লৈতে
কেতুকী মচু, কেতুকী মচুগুম অহুম লৈ।
লৈনম খংবদা মচুসু খংগদবনি।
ভৌবদবু, মসিগী রাহংসি য়ায়া মরুওইবদি নঃব।

তোমচা—মরু ওইবা নত্তে হায়বদি।

কায়— পুন্সিগা য়ায়া নকশিন্নবা য়াকম নত্তে।
অতৈ অভোপ্পা হংগদবা লৈত্রবা?

সুবন্ত— য়ারনি ওঝা। 'হুবু' এন্নংগা হংনিংঙি।

কায়— করিনো হায়য়ুনে?

স্বরন্ত— করে ওবা, ঐগী [illegible] য়াত্রে।

অতু ওইরবস্তু, করিগুম্না লৱেল 'মা চংগাদ

ঐনা মাহুনা লাকনি, অউবনা মাদনা চংখিনি।

কায়— 'হুবু নওনা থংগদবদি, লম্বেল চংজিনবনি

লমথুংকম য়োবা হায়বহুনি তম্না থুবগী নত্তে।

স্বরন্ত— হোয় ওবা, অহুবুদি ঐগু য়াবিংই।

'হুবু ঐঙোন্দগী মখোয়না থরমথে হানখ্রগদি।

কায়— অপংবীসিদি, থুদি থিহুনা পায়রিবহুনি।

স্বরন্ত—পেয়ে ওবা, ঐ য়াম্না মুঙাইজরে।

হবেং লাকপদা 'মুক হংনবা থরগা খজরমখিগে।

ইবেনি—[ থোয়কপা ] চাগী মহুত্তা শঙ্গোম ওইনা পুখোয়ক্লবনি।

তোমচা—অহুনহুম হেন্না ফবেনে, চৈবলদা থম্মু।

ইবেনি—[শঙ্গোমশিংহু থম্মী] করি করি হায়নত্রে?

তোমচা—করি হায়নবা গায়বনু, নচাদ হংঙুদনা।

স্বরন্ত—য়ারে ইমা, ঐগু নখোয়গুম্না হিংলগনি

লাক্লিবা ওঝাসিনা ঐবু মিং প্যাংহল্লে

উদে হায়বদনি ঐ উবগা চপ মায়রে।

ইবেনি—পূয়মক ওঝাগী থৌজাললি, শঙ্গোম মহাওবু কমদৌগে?

কায়—য়াম্না হাওখ্রে।

তোমচা—নওগীদি—?

ইবেনি—ঐগীদি লৈহৌরে।

কায়—শঙ্গোম অহাওবা অমত্তু থল্লে,

ঐগু 'মুক য়োনবা তৌজগ্রগে।

তোমচা—অছু হয়েং শোয়দনা লেংবিরকনিদনা।'

কার— হোয় রৌজরকনি।

তোম্বচা— ঐ অখাইকাও খিন্দোকচগে। —অনিমক থোকমিয়খাঁবা—

ইবেনি— কমদৌই, হুজিকী লাক্লম্বা ওঝাছু।

সুরজ— য়ায়া কৈ ইমা। মানা হায়রম্লিবশিংছু খংজবদি

ঐ শোয়দনা নখোরগা মাল্লনা হিংবগুম থল্লনি।

ইবেনি— করে, নওদ করগা লোইরে ইমাগীদি!

সুরজ— চাক লাম্মে ইমা, চাক থোংখিরোইত্রা?

ইবেনি— নচেনা থোংহৌরবনী লোইরত্রা য়েংলুচোঁ

[সুরজ ভপ-ভপ্পা মাছুনা চংখিবা]

[গুরু অমসুং সুরেস চ'লকপা]

গুরু— লাও! লাও ইবুঙো, ইকাইকমু! হঙ্গোইরুদু।

ইবেনি— ও! গুরু খিজারোমদা লেংশিনবিযু। [খিদা থাবা]

ওসাই হায়বিরম্বা মুপামচাসিবু লাক্লিবসিয়া?

গুরু— মায়ি।

ইবেনি— 'ছুদি গুরু! ঙৈহাক্তং কম্বীহৌখো।

মাই পাবুংমু লেংলক্লনি। —চংখিবা—

গুরু— ইবুঙো নও হঙ্গোইত্রা, ইকাইত্রনে?

সুরেস— খংজেদা থোকঅবা অমা লাক্লনি।

লাইনা ভম্বরা গুরুনা ভম্বরা অমদি।

গুরু— হোয়দহে, নও গুরুনা ভম্বছুম লাক্লনি।

সুরেস— গুরু ঐনা হংগদবা অমা লৈরি,

মখোয়গী অয়ুক্পসিবু করি থবক তৌগদে ?

গুরু— নও খংপোত্তে তুমিন লৈয়ু ! নৌয়াম চাবনি শেঙ্গাও পাইবনি, চুকান্নারনি, মহাকপ্পি খঙলগ্রা ?

সুরেস— খংজরনি ।

তোমচা—[চীংলেম্না চংলকই] গুরু 'মুক লৈবিরক্নে ।

গুরু— হোয়. য়েংজররক্নবনি ।

তোমচা—গুরুনা হায়বা সুপামচাঙ্গবু অসিয়া ?

গুরু-- অহোয়, মাল্লি ।

তোমচা—অচু চুজিক রাকম 'চু কমদৌসে হায়বগে ?

গুরু— রাকম হায়ববু, অনিমক য়ায়নবা মওঙ্গ পুরক্লি ।

তোমচা—হায়না থর খংহনবিগ্রবা নত্রা ?

গুরু— খংহনবা হায়ববু, মশানা য়াহুনা লাক্লবসিনি ।

তোমচা—করে, 'চুদি রাসে তেনশিল্লবা তৌরসি ।

ইবুঙোগী ইমুং মচুংনা চুজিক কয়দৌরিবা ?

গুরু— মাগী হায়ববু মতোম্‌ত ঙাইরবনি ।

তোমচা—হায়রিবা অসি অচুম্বা ?

সুরেস— মাল্লি, অচুম্বনি, ঐগী চুজিক কনাগুম্বা লৈত্রবনি ।

যুম হায়র খুড়া অমখক্তদা য়ুমদাংচুনা লৈজরি ।

তোমচা—রাকোয় গুরগুমসি, ভশেংনা হেক্ত হায়জোক্লসি

ইবুঙোনা পাম্বীরিবসি লল-থুমদগ্নী নত্রগা সুপী চুমক্লা ।

গুরু মাঙোন্দা হায়্না হংগ্রবা ?

গুরু— [সুরেসকী মনাকোং মরাদ করিগুম্বা থর হায়বা

স্বরেসনা য়াবগী মওংদ মঙক নোম্ব',]

মা তশেংনা মশক উরে, পান্মী হার্রারি।

তোমচা—'ছগা করিগুম্বা মরল-মথুম লৈরক্ত্রবা মতমদা'
নওনা মাবু হুন্দোকপিথিগজ্রা ? অশেংবা 'মদি হাঁয়্রু।

স্বরেস— মহুগুম্ব' রাখল অয়ানবা 'মত্তা থজরোই ।

তোমচা—ফরে, 'ছদি নওগা মাগা লুহোংলবা মতুংদা

ফংফম থোকপা খুদি'মক ইচানুপীগী নামাদ লৈবা ।

মরমদি মাগীদি ঐখোয় লৈত্রবদি মাগী কনামত্তা লৈগরে।

অছুনা উইল পুন্নমক মাঙোন্দ শিন্নবা তাবনি ।

স্বরেস— হোয়, মছুম্ব রাজপনি ।

তোমচা—অছুগা, ঐগীদি ইচানুপা রাওজদে। 'ছনা—
নুপী 'সি লুহোংলবা মতুংদ নুপী ময়ুমদা লৈবা
হায়রিবা পোইন্ট 'নিসিদা নওগী য়ানিংদবা করিনো ?

স্বরেস— ঐ হায়রিবশিংহু রাজরগনি ।

তোমচা—মসিদা নওনা হায়নিংবা করি করি লৈরি ?
অমুক্ত হংলকউদনা গুরুমচা ।

গুরু— য়াম্না ফমি নওগী হায়নিংবশিংহু হায়জহৌরদনা ।

স্বরেস— ওকপিগনি, গুকগা ঐগা হায়নজবদি— ।
ঐবু থক্ক ইনথাং অমা তৌহনবা—।

তোমচা—অছুগা মথাদি ?

স্বরেস— লোয়ননা লাইরিক-লাইশু তমহনবা'।

তোমচা—ফরে, নওনা পাম্বা 'হুম্ব পাংথোকপা
লোয়ননা ঐখোয়না ডাংনরিবা 'সিংহু রাখবা,' রারেদনা ।

সুরেস— কনি, ঐ পুরনক মনা থক্না চংচগনি।
তোমচা—করে, 'হৃদি ঐ নভোন্দ 'মুক খংজবকে
মরমদি মচে অসি নুংহোংলবা মতুংদা পাংলোকসি।
কদায় কনা কনা লৈ, চা অনিমুক্ত শেম্নকউ।
গুরু— ঐদি থক্লকপদা ঙাইরিনে, সিদগীসু আদৈসু।
তোমচা—কৈনো মহাও তংখিসি। ঙাইখো রা 'মা হংখিগে
সুরেস— ভাকপিয়ু।
তোমচা—মাগী পুস্লিসি মতম অমদসু কয়রুরোইদবনি।
অহনা মাগী পুস্লিবু নঙনা করম তৌনা খনবগে ?
অহুগা নশামক্কী পুস্লিনা করম তৌনা খজে।
মাগী রাক্ষম অনিসিগী মরমদা নভোন্দগী খংনিংই।
সুরেস— ঐ ইশানা ইশাবু মুংশিজে, অহুগা
শোখরবা মীওইবা খুদিংমকপুসু চাং মাম্নরা হিংমিম্ননিংই
অহুগা পুস্লিদা কালাবু য়াম্না পামজবা মীশক অমনি।
তোমচা—নহাক করম্বা মী মখলদা য়াওরি ?
নহাক্না খ্বাইদৈ পামজবা শিনফম্না করিনো ?
সুরেস— ঐগী খ্বাইদৈ পামজবদি ধর্ম্মদা পুক্নিং থিংজিনবা
পুস্লিবু শেংনা, চুম্না লেনবা অসিনি। 'হুগা—
মী মখল শিংহু করম-করম্বনা 'মুক হায়বিরকউ ?
তোমচা—চাওরাক্লা মী মখল মরিনি।
অহানবদ, মীগীদমক্ত, মশাবু কথোক্লবা পুস্লি'মা
হায়বদি সন্ন্যাসীগুম্বা, ত্যাগী ওইরবা মীওই

গুরু— ফরে, 'হুদি চাম্ন. থক্কে, য়ান্না হাওরে।
ঐখোয়রম্ন হন্নবা ভৌকথগে, পাউহ্-কোম্না হোদোক্করসি!
লাকও হবুত্তো য়োঁরসি। —অনিমক থোকখিবা—
ইবেনি— য়ানথব্রা? করি হান্নবথ্রে? কমদৌই মুপামচাহ্।
তোমচা— য়ান্না কৈ, য়াগদবা মওং মাল্লি।
'হুবু মতম থরদি য়েংখিবা তাই, মরমদি—
মীগী পুক্লিং হায়বসে, মতম কুইনা য়েংহুনা।
মুংশিৎ মুংশা লাংহন্নুনা ঈতিংদবা য়াদে।
ইবেনি— হোয়দ, অহুগীবুদি চুম্মী চাক লোইরবনি।
—তোমচা চংখিবা—
মুংশিংনা হন্নীংবা মাইকৈদ হন্বা হিগুম
পুনিংবা মকমদা পুথ্রে ঐখোয়গী রাখল
ইশানা ইশাবু লেপচবা ওমথ্রে, ইশানা ইশাবু।
—ওলাং চংলকপা—
নওদি কদায় য়োঁকরে?
ওলাং— ঐ মাবু তাম্নোক্লুরিবনি।
ইবেনি— মা হায়বদি কনানো?
ওলাং— কনা ওইনি, মুপামচা ম্মা'সিদা লাক্লবহ্।
ইবেনি— ও! অঙাওবা মুপাহুরা?
ওলাং— মাদ্রি! অঙাওবহুনি।
ইবেনি— মাদি কৈদৌবগী?
ওলাং— নচানুপীগী ঈশৈদা ভাওহুনা লাক্লিবনি হায়?

ইবেনি— মাগী তাংদাংবা পরিচয় খংঙত্রা ?
কমদৌনা ঙাওথ্রিবনি হায়রবগে ?
'ঙ্গা করিগীনে। ঈশৈবু 'ঙ্গক য়াম্না পাম্নরিবনা ?

ওলাং— কুম অমা ঈশিং চাওখিবঙ্গু নিংশিংবিরিব্রা ?

ইবেনি— নিংশিংলি !

ওলাং— মতম অঙ্গুদা ঈশৈ তম্লীবা ওবা অমা লৈরম্মী
মাগী অমথক ঙাইরবী মচা মুপী'না লৈরম্মী।
হায়রিবা মুপীমচাঙ্গগা লাক্লমীবা মুপাঙ্গগা হৌমিন্নবনি।
হৌমিন্নরকপা মশেল, নরুনা লৈমিন্নবদগী মরী লৈনরকই।

ইবেনি— অঙ্গুদগী মখা কমদৌবা ?

ওলাং— ঈশিং চাওখংলকপগী ইরাং লাংনবা অহিংদনি।
মুপামচাঙ্গুনা মুপীমচা'ঙ্গবু লাম্থোকপিনি হায়রঙ্গুনা।
ঈরোইবা হৈবা মাগী হৈতবী মুপীমচাঙ্গগা
চাংজৌ মায়রবা ইন্ফাল ভুরেলগী ঈয়াই'মকদা
মুপীমচা'ঙ্গ লৈখিত্রে, অমনা লাইকম্নঙ্গুনা হিংহৌরবনি।

ইবেনি—' ঙ্গগা করম তৌনা ঈশৈদা মানা ঙাওরিবা ?

ওলাং— ও ! চিথবা অমা লৈরে।
মখোয়'নিমক ঈশৈ তম্মীনরকপনি, মুপীমচাঙ্গগী মপাদ।
মঙ্গদগী হৌঙ্গুনা ঈশৈগী ঈখৌলাংবনা অতম্অচুম্বদা
মাগী পুক্নিংবু লৈতাহন্দে মাগী খম্মোইবু পোখাহন্দে।

ইবেনি— হায়রিবসিনদি ঈশৈ ভাবা থুদিংগীরা নত্রগনা ?

ওলাং— চবেন্মা সুরন্তগী খোজেল'সিমকা মায়ৈ হায়
মাগী মতম অমগী নুংশিজবা নুপীমচাচুগী খোজেলদো।
'চুনরি মায়বা খোজেলদা খৌরফমা ইশৈদ ঙাওরিবা !

ইবেনি— ও ! খৌজেল'মিমক্ত্ চপ মায়রবা ?

ওলাং— 'চুননি মানা ইতৎ তত্তনা হাররিবা
কৈদৌরে শক্তুবদি নওগী মতম অমগী ঈশৈদো !
শকউ, কৈদৌরবগে নওগী মতম অমগী ঈশৈদো ॥

ইবেনি— হায়রিবচুনদি চাওরবা অপনবা অমা ওইরকদৌরি !

ওলাং— অপনবা ! কর্রিমা ?

ইবেনি— নওনসু হান্না খংলিবচুমগাই, মাগীদমক্ত
অতোপ্পা নুপা অমা ওগাইদা লাক্লরবদি।

ওলাং— য়াম্না তুম্বী, 'চুবু য়াকম অমনা
মচাচুপীনচু মাঙোম্দা য়াপকখিবা অমা লৈখায়ে।
মরমদি, মচাউবেনগী পুক্নিঙু মানা কনবীরকপনি হ.য়চুনা।

ইবেনি— অং.তুম্বী ! ঈশিংদা তাকবদগী মানা কনবীরকপনি।
মাগী 'চুক কুপ্পা মরোলচু কদাইদৈ খওলুরিবনো ?

ওলাং— খঙনবা মচাক অমা লৈ ?

ইবেনি— কনাদগী ?

ওলাং— নুপামচা'চু ঐখোয়গী ঘুমখংনবদা লৈরম্বা
ঘুত্তা অর্থকী মচানুপীমা-তোপকপা অইরমে।

ইবেনি— কয়ে, ঈশ্বরনা তক্খা লাকপনি,
খোঙ্গবা'মা লাক্তবি. 'চুবু মপাবুংগদি তাক্লকখিগে।
ও ! চাক লোইরবনি, নওসু চাহৌরসিদনা ॥

—আনমক চংখিবা—

যমুনা— [রায়া লাংতক্লবগী মওংদা থোরকপা]
মাবু ঐগা নিংথি মুণ্ডাইবা রা অমত্তম্ভ ওাংজক্লোক্লে।
মানা ওসাই হায়রম্বত্বু, মুমিদাং 'মুক চংলকখিগেয়ে।
ও! কনানো 'মদি লাক্লে, মহাক ওইরমগন্ত্রনে ?
[রাগ চংলকপা] করি থবকীনো ? কৈকৌবা লাক্লিবনো ?
রাগ— ঈশৈ শরুম্বা অত্থ তোকপ্রত্রা ?
যমুনা— তোকপ্রে, 'মন্তা লৈত্রে।
রাগ— ঐদি শরুমথিগন্ত্রা হায়ত্বনা হল্লক্লিবনি।
মাগী মতম অমগী ঈশৈদো, মতম অমগী।
যমুনা— নওগী পুক্নিংগা শক্লিবা ঈশৈত্থগা করি মরি লৈনৈ ?
রাগ— রাহং অত্থগী পাউখুম রায়া লুই। অত্থবু রেংউ!
অভিয়াগা লৈবাকা অমগা অমগা লেংগোনবগুম উই।
'ত্থবু মথোয়'সি মুন্না থিজিন্নরুরবদি লেংগোন্নরমদে।
মসিগী মরি 'সিনি ঐগা লৈনরিবা মরিসে।
যমুনা— ওাইথো নওনা মাবু করম্না থল্লি ?
রাগ— করম্না থল্লমগনি নিংই ?
যমুনা— খংদে, 'ত্থবু ঐনা থনবা অমদি লৈ ?
রাগ— নওনা মাবু মুংশিবমক ওমত্রথম্ভ চানবিরমগনি নিংই।
খংদে, মাগী খোল্লেন্ম ভারগা লাংতক্লরিবমিন্থ
'ম্নুা থনবত্থন ওইরমগন্ত্রনে ? খংন্ত্রেব! করম্বনো হায়বা ?
যমুনা— 'ত্থবু খোল্লেন'ত্থ নওনা পাক ভাবা খংলয়োই।
রাগ— করিগী ?

যমুনা— মহাক্কী থ জাখিকাকোৎ।

রাগ— কনাদ— ?

যমুনা— হুপা অমথক্ত,

'হুমা মানা মনিং তৌনা শকচপা কংলরোই

'হুগা নঙনসু ননিং তৌজা ভাজবা 'কংলরোই'।

নখোয় 'নিগী নরক্ত পল অমা খঃপ্রমনিঃ

রাগ— করম্বা পল ! ঐগাক ভাব ভাবা ঙমজে।

যমুনা— চংনবীগী ! মানা ময়ুম পাল্লবী ওইপ্রগনি

'হুগা নঙগীনা পাখং অমগী মপুজাপ।

রাগ— করে; পুন্নমক খংজরে।

যমুনা— 'হু ওইরবদি নঙনা করম্না খোজেল 'হুমক......।

রাগ— ঐনা খল্লি; খোম্থাং য়ৈবগুম মতম চুপ্পা লৈহৌরপনি।

যমুনা— কমজোনা ?

রাগ— [ নিংঙমদবা 'মগা লোয়মনা ]

ঐনা খাইদৈ পামজনা ভাবা; খোজেল'মদি মাংগ্রে—

'মুক হল্লক্রোই মহাক, সংসারদগী চংগ্রবনি, চংগ্রবা !

'হবু খোজেল'হুদি মাংলমগ্রে ! মাংলমগ্রে !! মাংলমগ্রে—!!

যমুনা— কদায়দা লৈরক্লে ?

রাগ— নঙগী ননাওনুপীগী সুন্নদা। মহুগী মাংখিবা খোজেলো

হুজিঙ্কী হল্লক্রে; 'হুওম্না 'মুক্ত খিবা কংলরোইরা ?

যমুনা— খাজদে !

রাগ— করে, 'হু ওইরবদি ঐ মাগী 'মুক্ত উমজগে।

যমুনা — মহু ...

নিংবা কারগমু, হয়েং মুক লাকউ, [illegible] মহে।

রাগ— করে. ঐ চংপ্রগে।' 'মুক' য়েংমুখিগে'

ঐগী মাখ্রবা মুরহু থিবা কংগত্রা ঙাইহনা। ;

[নিংঙগদবা যোকখিবা—]

যমুনা— কয়াদ মাগী থমোইদা পোক্লা হনাত্রবা ?

সুরন্ত— [থোয়কপা] ইচেমা ! হজিক নাক্লবহু কনানো ?

যমুনা— করিগীনো নঙনা হংলিবদি ?

সুরন্ত— ঐগী সুরদা হয়াঙবা, ঐগী থমাই কনবিয়কপা

মুপা'হুগী খোঙেল নত্রা, হৌজিক ঙাংঅদহুন?

যমুনা—মাদি !

সুরন্ত— মাদি মশক য়াম্না ফজেনা।

যমুনা— কমদৌনা খংলিবা ?

সুরন্ত— ঐ মঙলা উত্রে।

যমুনা— [নোক্লহুনা] মঙলা উত্রে হায়বা ?

সুরন্ত— অং ! মঙলা ! থর্দে ইচেমা ;

ভাইবং'সিগু মঙদৌনা তৌরমগত্রা ? হা ইচেমা ?

যমুনা— চুম্মী ইবেমা, ভাইবংসিহু মঙনি।

সুরন্ত— 'হুবু মঙ'নিসিদা খেয়রিবসি করিনো ?

যমুনা— অমনা পূক্লিংঙনা শাবা রাখলগী দলালনি

'হুগা মনা, লৈরিবা ইত্রি মঙা 'সিগা লোয়ননা

রাখল 'হুবু থবক্তা ওহোকপা, অসিঙনি খেন্নবা।

'হৃদ নঙবু হৃজিক করি করি থাল্লিবগে ?

সুরজ— কনাগী মরমদনো ?

যমুনা— কনাগী মরমদা ওইনি, হৃজিক লাক্লবহৃগীনিদনা।

সুরজ— ওয়োক ওয়োকপা। ঐখোয় ইচেমাসিক্স ইকাইজরে।

যমুনা— মানা নঙবু ভজনা শোল্লি।

মা নঙগী মরমদা করিগুম্বা থরদি থরে।

মহুৎনমি নঙগী ঊশৈদা মানা ভজনা ঙাওজরিবা ?

সুরজ— নঙে ! মহাক'হৃবু চৎপ্রব্রা ?

যমুনা— চৎপ্রে ! নঙবু হংলম্মী ! করিগুম্বা থর ঙাংননি হায়।

চিংনরক্লু ! মা শোক্লনা 'মুক হল্লকখিনি।

সুরজ— মহাক চৎপ্রবা ! ঐগা উন্নহৌত্রবা ! —[নিংঙমদনা চংখিবা]

যমুনা— মহাকসু মীওইবনি,

মমিৎ উজ্জবদনি, অপাম সুংশিগী ইরাংদি

ইনথৎলকপা নহানিনা, মাগী থম্মোইদ ঊহৌরক্লি।

অউবা ঐনকাও, সুক লাংভক্লবসিনদি

উদবা মাগী থম্মোইদদি করম ত্তৌরম্বগবা ?

(লাইট ওফ)

ইন্টরভেল।

# অনিশুবা তাঙ্কক

হাম্নগী মফম ।

স্থরস্ত তালপুর অমা কোল্লগা ফমহ্না লৈরি,
স্থরেসনা চৌকি অমদা মায়োক্লনা ফম্মী ।

স্থরস্ত— অদোমগী পরিচয় খংবদা য়াম্না নুঙাইজরে
অহৃগীস্থ মথক্ত, ঐনা পামজকহ্নমক থোক্রে ।

স্থরেস— করিনো পামজবা হায়রকদি ?

স্থরস্ত— ধর্ম্মদা পূক্নিং থিংজিনবিবা !
'হৃগা লোয়ননা শোখহৌরবা পুন্সিবু চিংখৎলপিবা ।
রা 'মত্তা হংজগে ?

স্থরেস— তাকপিয়ু !

স্থরস্ত—মুংশিবা হায়বসিবু করি ওইরমগদগে ?

স্থরেস— করম্বা মথলগী মুংশিবনো ?

স্থরস্ত— নহা ইনখৎলকপগী মুংশিনবা, 'হৃগা—
মপাগপাক্ত মুংশিবা, শাগৈ-নাতৈ, মরুপ-মপাংবু ।

স্থরেস— 'হৃনা লোইবত্রা ?

স্থরস্ত— 'হুদম্ব নত্তে, মীওইবা থূদিংমকপু মুংশিবা হায়বসিমগা ।

সুরেস— ঐনা খংজবদদি
অহানবগী নহা ওইবগী সুংশিবা অসিনা
ইশা ইশাগী কান্নবা থিনবা, অনীমকী।
'ছুপা লোয়ননা ওইজবা থাদোক্লবা, অনিমকী।
সুরন্ত— হায়বগী অর্থদি?
সুরেস— ঐসু মখমসিদা, কান্নবা থিহনা লাক্লি;
নত্তনসু নত্তগী ওইজবা থাদোক্লগা কান্নবা ফংলি।
সুরন্ত— করে, মহুমা য়াজরে, মথা তাবিরক্লো?
সুরেস— মমা-মপা, শাগৈ-নাতৈনা সুংশিবনা
চৎনবী অমদি থাজবগী মতুংইন্না সুংশিবনি।
অহুগা অমসিনা ইশানা ইশাবু সুংশিজরক্লবা মতমদা
মীওইবা খুদিংমকপু সুংশিবা হায়বসি ওইরকই।
সুরন্ত— করে, মহুম য়াজররে। মথংদা—
অদোম্না তুংগী পুন্সিবু থাজবিব্রা?
সুরেস— থাজৈ!
সুরন্ত— করম্বা মওংদা?
সুরেস— মসিগী পাউখুম পিব্রিভৈগী মমাংদ
ইশানা ইশাবু থাজবিব্রা? মসিমক্তং খংনিংই।
সুরন্ত— থাজৈ!
সুরেস— পুন্সিবু কজনা, নিংথিজনা কমাই চুম্নবা হোৎনগনি।
সুরন্ত— মহু ভমত্রবদি?
সুরেস— 'ছু ওইরবদি ঈশ্বরগী খুত্তা শিন্নথিবা তারেদনা!
সুরন্ত— করে, ঐ পুন্নমক য়াজরে।
মীওইবা খুদিংমক করিগুম্বা আশাই মপান্না হিংনরি

অদোম্না করম্বা আশাঙ্গী মপাম্না হিংবিরিবগে ?
অহ্নগা করম্বা আশানো মহ্নমত্তংগা তাকপিম্নু ?

সুরেস— নঙমক, ঐগী পুক্নিগী লেংদ্রবনি খঙ্গরে ।
'হ্নগা লোয়ননা, ইবেম্মগী নপান্দগী মপা্নগী কুয়োম্নদ
শোথহৌরবা ঐগী পুক্নিসে মেনথংকনি খঙ্গরে ।
'হ্নগা ইবেম্মগী পুক্নিংগী অরাংপা খুদিংনা
ঐনা মেনথংপা ভমনবা হোৎনবা হায়বসি ঐগী থাজবনি ।
মসিদা ইবেম্মগী করি আশা— ?

সুরন্ত— ঐদি হিংনিংবগী আশা নৈরমত্রবনি
'হুবু হুজিক্তী হিংনবগী আশা খর-খর কাওরক্রে ।

সুরেস— কমদৌনা ?

সুরন্ত— চৎনবী 'সিনা পুনশিনগ্রবা, মমা ওইবীগী পুক্নিদা ।

সুরেস— ও! অরাংবা রাখলগী কিদমিঙাইনি ।

—কোন লাকপা—

[কোন পাইখৎলহুনা] কনানো ? ও! সুরন্ত হায়বা ।
[সুরন্তদা কোন পিবা] নঙগী ওইরমাক্লে ।

সুরন্ত— [কোন পাইরহুনা] কনানো ?... ...
রাগনে হায়বা ... ? করি হায়বা ... ?
... শরুরোইত্রা হায়বা ? হুজিক্তী শক্তি ...
শরুপনি ... ... । লাকে হায়বা ... ... লাকও !
অহু শোয়দনা ... ... থম্নগে ... —[কোন থম্বা—]

সুরেস— করি হায়রক্লিবনো ?

সুরন্ত— ঐ ঈশৈ শক্লরোইজ্রা হংলক্লিবা ?

সুরেস— করি হায়খি নঙনা ?

সুরন্ত— শকনি, অরোলাও হায়খি ।

সুরেস— ফরে, নঙনা ঐবু হুংশিবা অমত্রা ?

সুরন্ত— থাজবা 'হুদি খাংজি ।

সুরেস— 'হুদি ঐগী হোৎনবা য়াৎপগী খুদম অম! লৈরে ।

গুরু— [চংলকপা] করি হায়রগে নখোয় ?

সুরেস— খংদে! ইবেম্মসিদ হংখিয় ।

গুরু— নঙদি করি খল্লিবা ?

সুরন্ত— পাবুংনা হায়কহ্ ইজয়গনি ।

গুরু— ফরে, নখোয় অনি য়ানরবনিনা,
'অকবা হুমিৎ অমগা লেপ্লবা ভারেদনা ।
কনামত্তা লৈজত্রা ? অতোদি কদায়দা চৎত্রে ?

সুরন্ত— ইমুংদা লোয়না লৈকনি ।

সুরেস— ফয়ে, গুরুগ্ন লেংলক্লবনিনা, ঐ 'মুক চৎচকখিগে ।

গুরু— ওাইখোদন! মুমিত্তদি খংখো!

সুরেস— হেরা গুরুগী ফাগীসিমা —[ইকাইনা খোকখিবা]—

গুরু— অওইবর্নিনে, ঐনা হায়রিবসে! অজাওকসিদি—
কদায় ঈশৈগী পাগ্না হৌরসি হায়রবা নত্রগা
ঙৈহাক পোথাখিসি হায়রিক্রা— ?

সুরন্ত— ওক, ঙৈহাক পোথাখিসি ।

—ইমুংদা খাঙ্গনা থাখিবা—

তোমচা—[চংলকপা] কয়াম কুইরে লেংবিরক্লিবা ?

গুরু— য়ৌরকপদা মঙাইরি, মুমিৎ 'মা লেপথোক্লসিদনা।

তোমচা—য়াবু য়ানরবরা ?

গুরু— য়ানরগনি হায়বা উরে।

তোমচা—ওঝানা লেপ্লিবছু ঐথোরগীস্থ য়াজরে।

'ছুগা মুপামচাছুদি কদায়দা চথোকখ্রে ?

গুরু— ছুজিক্ত চথোকখিবদা মঙাইরি।

তোমচা—ও! 'ছুদি মাবু কৌহন্নুবা কত্রা ?

—কোন লাকপগী মথোল

[কোন পাইখৎলছুনা] কনানো ... ... ও যমুনা ... ...

কৈদৌবা ... ... ঙসি থুংলে হায়বা ... ...

ছুজিকমক লাকে হায়বা ... ... লাকওনে

হায়গেনে হায়গেনে ... ... কয়ে থম্নগে। [থম্না]

হায়! যমুনা মমা! ভারিত্রনে নঙবু ?

[মমুংদগী] [করি হায়বগে ?]

হো ঙসি যমুনাদো চংলকে হায়।

ইবেনি— [হয়াওনা থোরকপা] করি হায়বা ?

ঙসি য়ৌরকনি হায়বা, ঙসিমক! ছুজিকমক।

তোমচা—কয়ে, 'ছুদি হেজাং অহাওবা অমা থোজংপিক্লরোদনা।

ইবেনি— মাগী মতৈস্থ য়াওরক্কদরা ?

তোমচা—য়াওরক্তদি করিনে', মতৈ মনাওলা লৈমিন্নবদা।

ইবেনি— 'ছুগা ঐথোয় ইবেম্মগীদি কমদৌৱ্রবা ?

তোমচা—তুমিন লৈয়ুদ ! ভাংনরিবসিদ তাশিল্লু ।
নঙগী নথোঙ্গ্রেব ভৌরুরো চংলো ।
—[চংখজি চংখিবা]—
করে, অহু কমদৌসি হায়রিবা ওৰা ?
গুরু— হয়া য়াইনে কৌহল্লুসি হাযয়বন্নু;
ভৌবদবু মা হঙ্গকথিনিদি হাবরম্মী ।
তোমচা—করে, মহুনা গুরুনা দাইন্ত ওইবিবো ।
কায়— [চংলকপা] নমস্তে ॥
অনিমক—নমস্তে ! নমস্তে !!
তোমচা—প্রোফেসার সাহেব কদোমদা লেংবিরুরিবা ? লেংশিনবিয়ু ।
কায়— 'স্নুরু চংগ্রকচরকপনি' ।
গুরু— হুজিকপু করম করম পামখিরিবগে ?
কায়— হায়গুম্না লৈনি, অন্তাংবু কমদৌশ্রবগে ?
তোমচা—ওয়াল্লা থা অমা অমিনং লোয়নবিরম্ব হুদা জ্ঞান তারে
হুজিক মানা, ঐখোয়দগী হেন্নহুম শিংথ্রে ।
কায়— য়াম্না হুগ্রাইজরে ।
তোমচা—মানা ঐখোয়দা ইতন্ত্রুনা হংবা রাহুং অমা লৈ ।
কায়— করি ব্রাহুংনো ?
তোমচা—অউবা মীগা উদবা মীগা খেন্নবসি করিনো ?
গুরু— হোয়নে, মহুদি ঐখোয়স্নু খংবদ কান্ননি ।
তোমচা—মহু খংলবদি 'মুক্ত হায়বিরম্বু ।
কায়— অউবা কাংবুনা অউবা পোত্তুদৈ পুক্নিং চিংশিনবা
উদবা কাংবুনা, রাখলদী শক্তমদা পুক্নিং চিংশিনবা ।

তোমচা—হায়বদি—, মহাক্নী অর্থদি !

কায়— শয়া হাক্করক্না তাংজাংবা পোৎ অমগা পোৎয়ামগা খেন্নবা ।
খেন্নবা 'নিসিগী মঙংনি, মীয়ামশী মিৎয়েংদা চংশিন্নবা ।
'হুগা মরাক্ষ খনবিরিবা'সিগা খেন্নবা 'মর্দি লৈ ।

তোমচা—করিনো খেন্নখিবা অত্বো ?

কায়— মখোয়দা উদবা হাক্কা পোৎ 'সি লৈতে ।
মরমদি, মখোয়মু মমঙ মঙলি; মমঙদা উরম্লোইদ্রা ?

তোমচা—হোয়নে, মচুদ চুম্বা অমা লৈয়ে ।
তাইবংদ ঐখোয়না হিংজিবসি মঙঙবানি !
তাইবংদ ঐখোয়না উদবা পোৎচং করামু অরি ।
'হুম তৌরহুনা মমিৎ তাংবা মীগী মমঙদমু উরম্মীদনা ।
হায়রিবা রাকম'সি ঐমু য়ানিংই । অপেংনা য়ানিংই ।

কায়— করে, অতৈ হংবিনিঙাই লৈবিদ্রব্রা ?

তোমচা—হোয়, খর-খর নিংশিং নিংশিং হংলগা পোইরে ।

গুরু— ঐমু 'মুক লাকপা মঙমবা খরদি হুমহৌগে ।

কায়— অমরোমদদি, হুজিবী মথাক'সিগী হায়রক্লবদি
মিৎ তাংবনহুম হেক্না ফরমনি. য়েংমিংদ্রবনি ।
মুপী মচা 'হুদু ... .. ।

তোমচা—করি তাকপিগদবা ? কৌথোকচৌ হায়ব্রা ?

কায়— হা ! হা ! কৌথোকপিরকমু য়ায়ে । ঐদ কৌজগে ।
হয়েং 'মুক লাকচখিগে —[খোকখিবা]—

তোমচা—টহে, কাওইনে । ঐখোক. অক্লাইদা. থিনোক্লুসি.
—[তোমচা অমমুং গুরু অনিমক খোকমিন্নখিবা]—

যমুনা— [চংলকপা] চংঙকউ, কৈদৌরগে 'মুক লৈথহৌরিব্বু

পারি— [চংলকপা] ইবেম্মদি উদেনা, কদায়দা চৎপ্রবনো ?

যমুনা— খংদে, কনামত্তা উদেনে। ইমা ! ইমা !

ইবেনি— [হরাওনা চেম্থোরকপা] কদায় নখোয় লাকইব্রা ?

যমুনা— লাকইবনি, উন্নদবা কুইরবনি হায়হুনা।

ইবেনি— নত্তে, নখোয়গী নশাহু মৈ ওক্লব্রা ?

যমুনা— ওক্লরে। ওক্লরে।

কদায় অতৈদি 'মত্তা উদেনা

ঐখোয় পাবুংহুবু কদায়দা চৎপ্রবনো ?

'হুগা খুড়া ওলাংসু উদে, ইনাওহুসু।

ইবেনি— ইচে, নখোয়গী চাক হাপ্পীরবনি।

যমুনা— করি হেল্লাংনো ?

ইবেনি— করি ওইনি; ঙা হায়সিঙাইদনা

চৎলো ! চৎলো ! নফি নরোম্মু হোংদোক্লু চোদনা

ননাওগা ঙৈহাক রারী-রাতাই শাবিরুচোদনা।

যমুনা— লাকও চংলসি, ঙৈহাক পোখারসি।

—দলান্দ অনিমক কাথৎখিবা—

ইবেনি— নখোয়দি কমদৌই, আদ লৈবা মুংঙাইব্রা ?

পারি— [দলানগী সিড়িদগী]

হোয় ! লৈখি লৈাখবনা মুঙাই হায়বহুনি।

—অনিমক চংখব।

ওলাং— [চংলকপা] করি করি হায়নব্রে ?

ইবেনি— করিবো ?

ওলাং—'সিদা, হুপা মচাংমা লম্নুকলো ?

ইবেনি—ও ! ও। মচথায় গাবুংগা থাংমখিবনি

অফবা হুমিং'মা লেপ্পিরনি, 'ছগা মুহোংলনি।

ওলাং—'ছগা মাবু য়াম্না পামজবা মুপাহুনা কমদৌনা ?

ইবেনি—করিনোনে নঙনা হায়ম্নিবসিবু ? মাবু পামজবা।

ওলাং—হেরা খঙদ্রবনে, ঈশৈদা ভাওজবা মুপাহু

ইবেনি—তুমিন লৈরম্নুদা য়ানিংদে, ওহোক ওহোকপা।

পামজবা, মুংশিজবা হায়বতুনা অমনি।

থাজ-য়েঙজবা হায়বতুনা য়াবম অমনি।।

ওলাং—'ছদা ঈতৈবেম্মা ঐনা খঙবদি

মুপীমচানস্থ মাবু খর খর নিংঙমারেদ।

ইবেনি—কমদৌনা ! করম্না ?

ওলাং—নোংমা, যমুনানা হায়বদি মুরন্তনা মুপাহু মঙদ উরে হায়।

ইবেনি—মমঙদ !

ওলাং—মশক কৱক্ হায়মারে। 'ছদা কুংশিকবন্না করিনো ?

ইবেনি—মহু ওইথোক্কবনি, কমদৌনা তাইবংদফাও' মশক উত্রিবৈওনা

কমদৌনা মমঙদা উতুনা মানা মশক খংলুরিবা ?

ওলাং—হেরা 'ছগীবুদ্ধি, পুন্ন্সিস্থ মঙনিদ

তাইবংদা উদবা কয়া,মঙলম উবস্থু ময়াওরি

তাইবংদ কৈনা কৈনস্থ মঙগুম্বা কয়া থোরক্লি।

তাইবংস্থ মঙলি, মঙস্থু তাইবংনি হায়বকনি।।

ইবেনি—হোয় মঙসুবদি ময়ামওবা লাংঙনু।

কবে, অতৈ লাইরি, হুজিকীহুহম ফন লুরি।

ওলাং—থংদে অহুবু, ঈশৈদ ভাওজবা মানা ভাওজবা

ঐখোয়গীনা চৎনবী অমম্লুং পুন্সিগী মথৌ।

[তোমচা চংলকপা]

তোমচা—ওগাং নঙ লাকপা য়াম্না ফরে।

ওলাং—করিগী ?

তোমচা—নঙ'সিদা লাক্লম্বা মুপামচাহুগী মযুম থংইদনা।

ওলাং—থংজৈ !

তোমচা—য়াববদি মা হুজিক লাকবা য়াদে হাবহু।

[ওলাং চংখিবা]

ইবেনি—মমুনাস্থ, অহুগা মাগী মতৈস্থ য়ৌরক্লবনি।

তোমচা—ফরে, মখোয়দি কদায় তম্না চৎখ্রে ?

ইবেনি—ইমুংদা পোথারমগনি,

ঐনা চাক চারা অমা চারো হায়হুনা খাম্নীবনি।

তোমচা—পেংখিনবনি; চাক ঈশিংহু নঙ য়াওনা হোৎনরুদনা

[ইবেনি চংখিবা] 'হুগা পারিহু মুক ঊমসি হায়হুনা।

পাবি—[থারকপা, খুরুম্বা]

তোমচা—কমদৌই, নখোয়দি খর মুঙাইরকপ্রা ?

পারি—য়ুম্নবুদি খর হেক্লি, মুঙাইভবদি নত্তে

থা মঙা-তরুকমুক লৈরবদি 'মুক ইম্ফাল য়ৌরক্লগনি।

তোমচা—'হু ইকুনা মুমদৌগে থক্লি, নখোয়স্থ ভাও।

সমাজসিদা ইতোমত হিংবা হায়বসি অরুবনি।

অমগী মত্তেং অমনা পাংবা, য়েংশিন্নবা দরকারনি।
অহুদ নখোরগী, য়ুম অমা হায়বহু লিংঙ্গবনিনা
সুরন্থবু কোরশেন শেন্নহুনা, য়েংশিনবা ওয়্রক্লোই ॥
করি হায়গে? ঐনা হায়রিসি চুমত্রনে?
পারি—হোয় চুম্বদি চুম্মী, অহুবু য়েংশিন্দবদি য়াদে।
তে'মচা—ঐখোয় লৈরিবৈভবুদি। কৈ, সুরন্থগীমু
হয়েং লৈত্রবা মতমদা মাগী অরাবা চংলক্লদবনি।
'হুনা মাগীমু ময়ুম মকৈ পায়বা হোৎনদবা য়াদে।
পারি—হুজিকপু করি করি হায়নগ্রবগে?
তোমচা—হুজিক ঐখোয়না হায়নবা হায়ববু মুপামচা 'মা লৈরে।
মহাক বিঃ এঃ নি, 'হুগা মাগী কনা'মত্তা লৈতরে।
পারি—ফরে, মহু য়ারে,
'হুদ মুপাহুবু হুজিক কালগী ইরাংগী মীরা?
তোমচা—মহুদি নত্তে, মহাকসি লাইরনা হৌরকপনি
লৈত-লাইর থংই, মীনুংশি থংই।
পারি—হুজিকপু মানা অশেংনা য়ানরবা নত্রা।
তোমচা—য়ানরে! থবক অমমু জৌহনবা
অহুগা লাইরিকমু মথা তমথনবা হায়নরি।
পারি—থবক্লা করি থবক!
তোমচা—অকিসকী থবক?
ওলাং—[চংলকপা] লাকমিন্নগে হায়হোরে।
তোমচা—কনাগা?

ওলাং—শুরুস্থ মাবু কৌগান হায়হুনা ঙাহহুনা লৈরম্মী।
তোমচা—ফরে, ফরে হুঁদি,
নখোয় খুাই লৈরিভৈদ লৈথাই অমা তানহৌরসি।
ওলাং—অহুগা হুকান্দা মেনেজরনা, কম্পেনীগী মী লাকহৌই।
হিসাব তৌনগদবা লৈমাল্লে, মুক্ত লেংবিরকউ হায়হৌই।
তোমচা—ওহ্যোল্লা খৌ চিনগ্রবা হায়বহুনি। মখোয় লাক্লবদি
ঐ লাক্তিক্রফাও লৈরম্মু হায়য়ুকো। —থোর্কাখিবা—
ওলাং—কমদৌরি, থর মুঙাইরিব্রা নখোয়দি?
পারি—অস্নুম পংলৈ মরৈরিদা, শিবা ঙাইনবা।
ওলাং—মহু হুজিক কালগী পাওখুম্মী।
হুজিক্কী নঙনা ঐবু থোইবা ঙম্মরোই, য়াম্না হৈবজাংনে
অমুক্তংদি গাইত্রংহু পাজস অমত্তং শান্নসিবা।
পারি—ঐবুদি য়াইনে, পো চংপবু থর হৈরব্রা?
ওলাং—নঙস্থ উঁশিংমন্দনা হায়রেদ।
শগোল চোংবা, হি-রমগা য়াম্না খঙবজাংনি
নঙবু ঐঙোন্দা 'মুক্তংফাও য়াঙবা ঙমগদ্রনে?
পারি—থেংনবা হায়বহুন্দিনা। [অনিমক চংখিবা]
[যমুনা অমসুং সুরন্ত থোরকপা]
সুরন্ত—ইচেমসিনা অঙাংহু পুবিরকপা য়াব্রা?
যমুনা—হয়েং হংচিত্তা ঙাইরে নিঙোল চাকৌগদবা
অহুদ পুবিরক্লগা লোইরেদনা, কৈদৌএগে ইনাওসিদ্রি।
সুরন্ত—ফজবরা, ঙৌবরা, মমাই পাকপ্রা, মশা ফব্রা?

যমুনা— অহু পুন্নমক নঙনা য়েংলগা থংলেদনা।
সুরন্ত— [মুঙাইতনা] ইচেমা ঐদি করিস্থ ফংলরোই।
যমুনা— অহুবু নঙবু হুজিকপু কমদৌৱা তারিবগে ?
সুরন্ত— কমদৌনি ?
যমুনা— নঙনা মতম অমদা হায়খিবা ঐখোয়স্থ ইচেমগুম্না
ইয়ুম-ইকৈ পাম্মুনা, ইমিত্তা ইচা উহুনা
ইচাগী মতেংনা, সংসারগী অরা ঈপাকসি লানগনি।
হায়বা 'হুবু কাওথ্রব্রা ? হুজিক্তী নঙগীস্থ মতম য়ৌরক্লেদনা।
সুরন্ত— ইচেমা, ঐ ইয়ুম-ইকৈগা অমত্ত পাঙনিংত্রে।
যমুনা— করিগী ? সংসারগী চৎনবীবু নঙনা থাদোকপা য়াব্রা ?
সুরন্ত— য়াদে হায়হুনস্থ, সংসারগী মীনোক 'মুক চাওবসিদা।
ঐনা পোকচবা ইচাদা, মীওাংবীগী মচা হায়বিনি।
যমুনা— অহুগী ওইরে, সংসারদা শোয়দব কনা লৈবগে ?
মী খুদিংমক শিত্র লৈরিবা ওাক্তনি।
মীরা ওাংনবা ভাইবংনি তাবিব্রগা লোইরেদনা।
—[কোন লাকপগী মখোল]—
[কোন পায়খৎলহুনা] কনানো ... ... রাগনি হায়বা।
কনানো হংলক্লিববু ... ... সুরন্ত ... ... লৈ।
তারে হায়বা ... — কদাইদা ... ... রেদিওদা
কনাগা ... ... সুরন্তগা ... ... [সুরন্তদা কোন পিবা]
সে, নঙগা রা খর ওাংনসি হায়রিমান্নে।
সুরন্ত— [কোন পায়হুনা] কনানো ? ও ! থংলে।

করি হায়বা ... ... শাওয়ে হায়বা
মতম অৰৈ ঈশৈশেলো ... ... শকনি। [কোম খঙা]

যমুনা— নঙোন্দনা করি হায়রকই ?

সুরন্ত— ঐঙোন্দ, নঙগী মতম অমগী ঈশৈশেদো হায়রকই।
ঐমা শকনি হায়বথিনি মা শোয়দমা আরুগনি।
ইচেমা, ঐদি অমরোমদা মাধু মুংশি।

যমুনা— মরমদি— ?

সুরন্ত— করিগুম্বা ঐগী খোঙেলশি তাবা কংত্রবনি কমতৌনি ?

যমুনা— তাইবো, মানা তাওই হায়রিবসিবু
নঙগী ঈশৈশু তারগরা নত্রশ। তাবা কংত্রগরা ?

সুরন্ত— ঐমা খাত্রবনি তারগন্থু তাবা কংত্রগন্থু।

যমুনা— ফুমিন লৈরু, মাগী মাকা খোকশা
মঙলীসু মগী তোৌবা ঙাকে, থংলত্রা ?

সুরন্ত— 'হুবু ইচেমা, মীহুংশি চানবা 'বদি লৈকো।

যমুনা— অতে লাইরি, নঙগী ঈশৈশুম 'মা তাসি
ঐদি পংমস্থু লাক্ত্রবনি, অমথকংদি তাহল্লুদনা !

সুরন্ত— 'তুগা ইচেমা, ঈশৈ শকউ হায়রবদা
রেডিওদা শকনকা ঈশৈ মরেক লৈদনি, 'মুক্ত জোৌবিরুচো।

যমুনা— কদায়দা খনবগে ?

সুরন্ত— ইম্ফাল শিরমমনি। [যমুনা চৎখিবা]।
করিগুম্বা মামা ঐগী ঈশৈশি তাহুনা লাকুমনি
মাগী অঙাওবা রাখলহু পোখাগত্রা নত্রগা খোমখংশকরুক পি

গুরু— অহুগা ঈশৈ ময়েক্তি কদায় ?

সুরন্ত— ইচেমদা।

যমুনা-- ওঝা, 'সিদা লৈরে [পিবা]

গুরু— ঙংলক্লগেকো, য়ুম্না তাঙ্খৈরো।

[ঈশৈ ময়েক্তু 'মুক্তং পাথোক্লম্লগা ছন্দ হাপ্তুনা ঙংলকপা] থংঙপত্রা ? হৈরগত্রা ?

সুরন্ত— য়ারনি ওঝা, হৈজরনি।

এস: রায়—[চংলকপা] ওঝাবু নমস্তে।

গুরু— করি থবকী ?

এস:রায়—ঐ, ইবেম্মা সুরন্তবু উন্নজগে লাকচবনি !

সুরন্ত— তামো ফিদারোমদা, ইচেমা ফিদা 'মত্তা থাবিখো।

এস:রায়—য়ারে ! য়ারে ! লৈরে, ফম্মু। [ফিদাদ ফম্বা]

যমুনা— রাকম্বু করিগীনো ?

এস:রায়—অমদোবনিমা, ঐনা লাকচরিবসে রাকম অনিগীনি। রাকম অমনা, ওসি ঐখোয় স্কুলদা পাংথোকখিবা অল ইন্ডিয়া ম্যুজিক কম্পীটিসনগী ঈশৈ শরুবদ ননাও ইবেম্মনা থৃহৈদৈ মকোক ওইরে, ফাষ্ট তারে।

[মরাম হন্নাওবা]

অহুগী মনা মথুম অমদি কংফম থোকপম্বু ফংগনি। অহুগী মথক ওরাং [illegible] ওইখিবা ম্যুজিক ক্রিটিকী অকাওবা ক্রিটিক অহুনা মাবু উন্নগে হায়রি।

গুরু— মসমদি করিগীনি হায়বগে ?

এসঃ রায়—অদুগা মাগা লাকমিন্নবা,

ফিলমগী ম্যুজিক ডাইরেক্টর অমনম্ন মাবু উন্ননিংই।

মরমদি মানা য়ারবদি, প্লেবেক সিঙ্গর ওইনবা।

যমুনা—করিগী য়াদনেগে, 'থুক ফগা রাফমদুবু ?

এসঃ রায়—ম্যুজিক 'ক্রেটিক্কুনা মাগী মখোন্দ

ছুজিক্কী মীয়াম্না শক্নরিবসিদগী খ্বাইদৈ তোপ্তোপ্পা

য়াম্না মুংশিবা খোল্লৈ-খোন্দা'মা লোক্তুনা য়াওরি হায়।

গুরু—ফরে, মদুম খংজরে। রাফম 'মনা করিগী ?

এসঃ রায়—রাফম 'মদি, হন্দক্কী থাগী রেডিও প্রোগামগী

রেকোর্দ তৌসি হায়বদু ওসিনি, 'থুগীনি চংলক্লিবসি !

ছুজিকপু ঈশৈ অদু লৈবিরবা নত্রা ?

গুরু—ছুজিক কন্না রিহারসেল তৌরিবসিনি।

এসঃ রায়—য়ারগত্রা ?

গুরু—য়ারনি ভৈহাক ফমখো, ওরাংগীদু 'মুক্কং তাখিসিদনা।

এসঃ রায়—মদুমা হায়না রেকোর্দ লৌশিনখিসি 'থুগা তাসি।

ছুজিক্কী শক্নবা ঈশৈদু লোইশিনবিরো রেকোর্দ তৌরসি।

গুরু—হায় ইবেনি, নওগী তামোগী চা প্লোল্ল চোদনা

[যমুনা চংখিবা] ময়েক্কী ইবুঙোগীদ হায়, য়াম্না ফজগ্রে।

সুরন্থ—হোয়, তামোগী ময়েক্কসি ফজৈ।

এসঃ রায়—'থুদি ইবেম্মা, ঐ 'মুক্কং ওংলকখিগে

নও মুন্না তাহৌরো, 'থুগা শক্নবা তৌরসি।

সুরন্থ—য়ারে ওঝা, হৌবিরক্লো।

গুরু—[মমৈগী ঈশৈগী পবেং অনি অদু শকপা, ওংবা]

ফবে নঙ তাহৌবেদনা, শকপা ওয়্গদ্রা ?

সুরন্দ্র—ওঝা ঐ লাইবক য়েংজগে।

গুরু—ফরে 'তুদি হৌনবা তৌরো।

যমুনা—[থোরকপা] [চা অমমম পিবা]

গুরু—হৌবো ! হৌবো ! মথাম তুমিন লৈবসি।

এসঃ রায়—রেকোর্দ হেক্ত তৌহৌবসি হায়ব্র' ?

গুরু--হায়রিসিবু য়াগদ্রনে ?

সুরন্দ্র—ইয়া য়াইনে গুরু !

গুরু—অদুদি ইবুঙো রেকোর্দ লৌনবা তৌরসি।

এসঃ রায়—[খাওদগী তেপ রেকোর্দ অদু লৌথোক্লুনা ঈশৈ অদু রেকোর্দ লৌনবা থৌরাং লোইশিল্লি !]

য়ারনি, ঈশৈ শকপিবা যারনি।

সুরন্দ্র—'তুদি ওঝাবু হৌজরগে।

[মথক্ত পিথ্রবা ঈশৈ মযেক অদু নিংথিজনা শক্লি তাঙ্গা অসিমক্ত রাগ চংলক্লুনা খোংজিন মরাদ লেপ্তুনা ঈশৈ অদু তাদুনা লৈরম্মী। ঈশৈ শকপা লোইশিল্লকপা।]

রাগ—মাল্লি মতুমক্লী।

নওগী মতম অমগী ঈশৈ হায়গদো।

এসঃ রায়—কনানো অসিবু?

সুরন্দ্র— মা ঐগী থল্লাই কনবিরকপা মুপাদুনি।

[যমুনা ইমুংদা চংখিদুনা পারি অমসুং ওলাং কৌথোক্লুবা]

যমুনা—য়েংউ ! মুপাসিনি ঐনা হায়বদো ?

পাবি—মহাক অসি কৈদৌবে হাযবনো ?

ওলাং—মুপা অসি ঈশৈ তাবদা ভাওচংনবনি ।

মাবু মীনা ভাওচংনৈ হাযনৈ, অহৃবু মাদি ।

রাগ— ঐদি অভাওবা নস্তে ।

শুপ্নগী ঐগী মতম কুইনা তারক্লবা খোঞ্জেল ;

খোঞ্জেল 'হৃতবু ফাগে হায়হনা তান্নবিবনি ।

গুরু— খোঞ্জেলবু ফাবা ! করম্না ? মহ্ ওইথোক্নি ।

ইবেম্মা যমুনা, মসিনা স্বরস্থা অপনবা ওইরকনি ।

যমুনা—চুম্মী গুরু ! গুরুনা তাকপিবা য়াম্না চুম্মী ।

পাবি—অপনবা ওইদনবা উপাইদি ?

ওলাং—মুপা'সিবু মকমসিদগী চংহনখিবা ।

এস: রায়—তাজসনু কৈদৌবগে ? ঈশৈ তানিংববু

মানা নখোয়দ করি অপনবা পিগবগে ?

মাগী মওংসি, ঈশৈনা পোখাবা মী মাল্লি ।

ওলাং—ইবুঙোনা খংববা রা অবা নৈশরিয়ে ।

পারি—করি রানো ? হায়দোকপা যাদবা রারো ?

যমুনা—করি হায়দোকপা য়াদগেনে ?

গুরু—য়াববদি মাগী রাঙাং, মাগী মণফসি উদ্রগা' ফনি ।

এস: রায়—হায়রিবসিবু ভাব অমত্তা তাবা ভমত্রি ।

রাগ— ঐনা মরামদা অপনবা ওইরবা

অহৃগা ঐবুনা মাগী খোঞ্জেল ঈশৈগী স্বরনা ভাওহল্লবা

ঙাঙহনবা নঙে, ঐবু মানা ঙাওহনবা নত্তে ;
শাংলবা ঐগী হৌঅবা পুন্সিগী রারী কয়াগী
কাওত্তমদ্রগা থোদোক কয়া, মাগী সুরনা নিংশিংহল্লি।
ঐ ঙাওবা নত্তে, ঐ ঙাওদেকো, ঐ ঙাওদে ॥
নখোয়না ঐবু লাম্না থনগনু ঐ লানম্লোই।

গুরু— করিগুম্বা অঙাং 'হু লাক্লবদি শোয়দনা রা য়াম্লনি।

পারি— ওঝা 'হুদি করি উপাই তৌসিগে ?

গুরু— উপাই হায়বু হায়নরিহুনিদনা।

সুরন্ত— ঙাইখো, মানা চত্রিদৈ মমাংদ
ঐ রা 'মত্তা হংজহৌখিগে।—

পারি— হংহনখো, মনিং তৌনা।

রাগ— করি রানো নঙনা হায়নি হায়ববু ?

সুরন্ত— হাযগ্ন ! নহাক নিংশিংলিত্রা হায়যু !
নঙোন্দ ঐনা মতম অমদা রাশকখিবদো নিংশিংলিত্রা ?
নঙগী রাশক্তু ঐ ঙাকপা ঙমগনি, রাশক্তু ঙাকনি।
নঙনা অপাম্বহুদ ঐনা ননিং থুংহনবা ঙমগনি।

রাগ— ঐ নিংশিংবা ঙমত্রে।

সুরন্ত— নিংশিংলকখিগনি।

রাগ— পুম্নমক অহু ঐঙোন্দ লৈত্রে। ইহাং-হাংলে
নঙগী ঈশৈতনা ঐবু কদায়দনোম-পুথ্রমাল্লে।

গুরু— সুরন্তগী পুন্সিবু শেমজনবা মুপা'সিবু চংহনথ্রসি।

রাগ— কদায়দা চৎলম্লগনি, নঙগী ফজবা ঈশৈগী খোম্হাংদো
মহুনি ঐ তাম্লগদৌরিবা, মহুনি ঐনা ফাগদৌরিবা।

মতমগী তোর্ব্বান তোব্বান্দ য়েরম্নগা নাংখান খোম্বাং
মহুনা অতোপ্পা মীওইবা অমগী পুক্নিনা মুক চংখিহুনা।
খোম্বাং পুরকপা মীহুবু ঐনা 'মুক তাম্নগৌখিনি
নওগী মঙালগী মমুংদ ঐগী খোম্বাংশু ঐগী ... .. ।

এস:রায়—অহুদি 'মুক তারসি।

[শকখিবা ঈশৈ থাদোক্নুনা তাহনবা]

করিগীনো মসি তারগদি নঙনা ঙাওদ্রিব ?

রাগ— ম:সিদি তশেংবা অচুম্বা নত্তে।

এস:রায়—করম্না ?

রাগ— কোটোগা অশাবা শক্তমগা;
মীওইবগী ঈ তোংশা য়াওবা হকচাংগা থৈরে।

এসঃরায়—কমদৌনা ? মসিবু মাগী খোঞ্জেলনি।

রাগ— কজিনহৌবা খোঞ্জেলহুদ নত্তে;
ঈ তোংশা চেনবা হকচাংদগী থোরকপা খোঞ্জেলদনি।

এস:রায়—করে, মহু ঐহাক পিগে লাও !

রাগ— কদায়দা ?

এস:রায়—মকম অমদা ! লৈত্রগনা মকম সিদা হন্নকউ।
রায়ব্রা ? পিয়ু হায়রিব্রা ? পিয়ু হায়বদি চৎলসিদনা।

রাগ— করে, লৈরমত্রগা 'মুক হন্নকখিগনি।

এস:রায়—ওঝা 'হুদি ঐ 'মুক্ত য়োক্তরুখিগে;
ময়াম পুম্নমক, ঐনা হায়বা রাকমহু তাম্নবিয়ু।
লাকও চৎলসি, নওগী খোম্বাং য়ৈবা মকম হায়বহুদ।

—রাগ অমসুং এস:রায় থোকমিন্নখিবা—

সুরন্ত— ভাইখো, লৈবগ্নোই মক্কম 'মত্তংগু কনানগু !
ও! মহাক তাখিদ্রবা! মহাক চৎগ্রবা— ?
ওলাং— লাকও ! ঐখোয়গী পেম অহু লোইশিল্লরসি
[পারি অমগুং ওলাং চংখিবা]
যমুনা— ইবেম্মা নঙবু ভাওবরা ?
সুরন্ত— করিগী ভাওকান ?
যমুনা— য়ায়োাং চাদ্রবা, পুম্নিগী মথৌগু খংদ্রবা
মুপা অসিবু নঙনা তরাম-তবাম তৌকবিবা
অহল-লমন ঐখোয় খ্বায়না।শিল্লবসি নঙগী য়াইফনবনি।
সুরন্ত— মুপা অসিদি মশকপু উদ্রিভৈনা।
যমুনা— অমদি উরব্রনে ?
সুরন্ত— উরে, মানি মঙ াদ ভোয়না লাকই।
যমুনা— মঙনা খনবা ওইরিনি।
সুরন্ত— খনবা! মাগী মরমদা খনবদগী ··· ···
চুম্মী। মীত্তাংবী ঐগু ঈ-তোংশানা শেম্ব। ছক্কচাংনি
মীমুং শ খংই, মুংশিবা মশক খংই, ফজবা পাম্মই।
নখোয়না মীত্তাংবী অমবুদি খম্মোই য়াওদবগুম খনব্রা ?
যমুনা— খংঙে! খংঙে! ভানিংদে। তুমিন শৈমু।
গুরু— নত্তে, নঙনা হায়রিবা ধর্ম্ম 'হুবু কৰ্রিনো !
সুরন্ত— ওঝা ঐগু তাইবং মীনি।
গুরু— অহুননি, নঙবু নয়ুম-নকৈ পাম্মুনা মুঙাইনবা হো'ৎনরিবা।
যমুনা— নত্তে, নঙনা হায়রিসিবু মুপা 'মহু পামদে 'সিরা ?

সুরন্ত— ঐদি হৃগুম্বা মত্তা পানখিদেনা; গুরু
গুপ্পগী ঐসু মীওইবা অমনি হায়বত্তনি।

গুরু— ফরে! ফরে,! ঐ খৎঙে, ঐনা ফমবা লিগ্নি।
ঙমদোসি যমুনা, মপাহ্ 'মুক হৃকান্দগী কৌ।

যমুনা— য়াম্না ফগনি? [ফোন পায়খৎলহুনা]
Hallow! ... ...। অং মাম্নি... ...
গুরুসু ঙসাইদগী ঙাইহনা লৈরে, লাকও হায়।
লাক্লগে হায়বা —... 'হৃদি থঙ্লগে। [ফোন থম্বা]

গুরু— ফরে! ফরে নপা লাক্লগা লৈথাই তানরসি।

যমুনা— নওসু ৱারম্লগনি, লাকও! লাকও! পোথারকসি
ইমানসু চাক লোইদোরম্মনি। [শমহুনা পুশিনথিবা]
ওঝা ঐ 'মুক লাকচখিগে, ঙৈহাক্কং ঙাইবিহৌখো।

গুরু— চুম্মী। সুরন্তনা হায়বা 'হৃসু চুম্মী;
মাসু মীওইবনি হায়রহনা ঐখোয়না
পুক্নিংগী অজিং হম্বা 'হৃদি কনায়দে কাঙ্গিনবা য়াগনি।

সুরেস— [চংলকপা] গুরু করি করি হায়নঙ্গবগে?

গুরু— নও লাক্লবনিদা, ঙসিমক হুমিং লেপ্পবা তাঙ্গে।
নঙ্গগনা হৃজিকমক হোংবা কনানা থংনি!

সুরেস— করিনোনে, মঙ্গগুম্বা ঙাক্ত পুশিনরিব্রিবসিদ্?

গুরু— অঙ্কবা থরক্ত মতম রৈথবা ফত্তে,
বেদ-শাস্ত্র নিয়ম থংদবা মাঙ্গি, কমথখো!
নুপীমচাহুগী মপা অহ্ লাক্লনি
হৃকান চংখি হায়রহুরা ঙাইম্নগনি অহ্গা নওসুহ্।

সুরেস— ওঝা, ঐ ইশানা ইশাদা রাহং থর হংজরক্লি।

গুরু— করম্বা রাহং, করিগী রাহং?

সুরেস— ইবেম্মা সুরম্ভগী মনাক্ত চংলুবদগী—।

গুরু— থংজেনে, 'হুবুদি করম্বা রাহংনো?

সুরেস-- পুক্সিগা য়ায়া মরি লৈনবা রাহং।

গুরু— করি রাহংনো তারসিদনা।

সুরেস— রাহংদি হংহুনা লোইপ্রবনি,
হুজিক ঐনা হায়জরকদৌরিবসি পাউথুমতনি।

গুরু— অমা থংদে। অমা থংদে! তারসিদনা!!

সুরেস— হুম! ওঝা ঐ মসি হায়দোকচররোই।

গুরু— করিগী?

সুরেস— মসিনা চাওরবা রাকাই 'মা পুশিল্লরুগনি।

গুরু— 'হু ওইরগমা হায়ত্রম্ভ ভুমিন লৈপ্রোদনা।

তোমচা— [চংলকপা] ও! ওঝাস্থ 'মুক য়ৌবিয়র্ক্লে
ইবুঙোস্থ লাকপিরেদনা, য়ায়া ফুংঙাইজরে।
অহু হৌজিক কমদৌসি হায়বা

গুরু— ঐগীদি ইবুঙোনা পাক্ত চথরসি।

তোমচা— ওঝানা অপাম্বহু, ঐগীস্থ অপাম্বনি করিনো?

গুরু— করে, ইবুঙো সুরেস নঙনা করি থল্লিবা?

সুরেস— ঐনবুদি করি থম্লি, ওঝাগী রাথংতনি ঙাইজরিবা।

গুরু— ঙাইথোনে, রা'সি ভাব তানখিসি
ঐনা হায়বদি, ইবুঙোস্থ পুক্লিংদা থম্মগা হায়বিরকউ।

য়ুম পানবা হান্নবসি, লাইথিবী লুহোংবা নত্তে
পুন্সিগী অচৌবা অহোংবা রাকম অমনি।
ঙৈতাকী মুঙাইনবা খনবা য়াদে।

সুরেস— ফবেনে, ঐগীদি য়াগনি হাযতুনা চংক্তরক্লবনি।
মুপীমাগীতুম 'মুক্তা হংবিহৌখো।

তোমচা—ফরে, 'তুগীবুদি ঐ হংহনগে।
হায় ইবেনি, তাবিব্রনে? [মনুংদগী— করি হায়গে]
সুরন্থসু নঙসু 'মুক্তা থোরকউ। থোরক্লনি মখোয়।
ফরে, মুপীমচাতুনসু হ রাও হবাও তৌরক্লবদি,
অফবা মুমিৎ হায়বদো ঙসি লেপথোক্লসি।

গুরু— য়াইনে।

ইবেনি— [সুরন্থ শমতুনা থোরকপা]
করি হায়গে মাইপাবুং?

তোমচা—নচামুপী অহু জবান হংদবা য়াত্রি।
হংঙু 'মুক্ত! মাবু ঐখোয়না হায়রিবতুদা করি হায়নিংবা

ইবেনি— খুম্মুদনা নঙসু, নঙনা করি হায়নিংলবা?

সুরন্থ— পাবুংখোয়গী অপাম্বা অহু নচা ঐগীসু অপাম্বনি।
ঐগুম্বী আশা লৈত্রবী অমনা করি য়েংলুবনি।

তোমচা—ফরে, তুজিক্তি পুন্নমক য়ানার, নখোয়সু তাহৌরেদনা।
'তুদি লুহোংনবগী মুমিৎনা কৈদৌটৈঙ লেপ্লগদবা?

গুরু— লাক্লিবা য়ুমশকৈশদা।

তোমচা—করি খল্লি মমা?

ইবেনি— য়াম্লেনে, ঐখোয়গীদি ইম্না য়াম্লেনে।

গুরু— করে, 'হুদি ঐখোয় 'মুক য়ৌজগ্রগে।

[স্বরেন অমস্তুং গুরু থোকখিবা]

ইবেনি— মাইপাবুংস্থ চাক থাগৎ চানবা তৌবরো।

তোমচা—লোইরব্রা ?

ইবেনি— ইংবু ইংলম্লগনি।

তোমচা— ঙসাইনা লাম্লবনি, ইবেম্মা নঙদি চাখিরোইদ্রা ?

স্বরন্ত— ঐ ঙাইহাক্তং লৈরগা চাজগে।

ইবেনি— অদুদি নঙ লৈহৌখোকো। মাইপাবুং চংঙসি।

[অনিমক চংখিবা]

স্বরন্ত— [মতোম্‌ত]

মনিং তমজবা মিৎয়েংস্থ পোকপদগী য়াওরক্লে
মনিং তমজগদবা পুক্লিংস্থ নোংম নোংমগী কাজিম্লক্লে।
মুংশিৎনা পুবা মাইকৈদা মনিং তম্না হিগুম
ঐগী রাখল 'সে মতমগী ঈচেলদা তাওথক্রে
কদায়দা থুংলগবা ? কদোমদা য়োগদৌরিবা ?

যমুনা— [খোরকপা] করিনো নঙনা ঙাংলিবহুবু ?

স্বরন্ত— ইচেমা, য়ুম পানবসিবু পুক্লিংগী নিংতম্বসি মাংলমগদ্রা ?

যমুনা— হায়বগী অর্থদি ?

স্বরন্ত— ঐগী লৈজবা পুম্নমক মুপাহুগী খুর্জিনা চৎকদ্রা ?

যমুনা— চৎনবীগী মতুং ইম্না চৎকনি।

স্বরন্ত— অদু ওইরবদি ঐগী নিংজবসিদি কায়রনি।

যমুনা— কয়িগী মখোয়না হায়বা ভাক্ত থারকপজরনে ?
ঐখোয়গন্থু য়ানবা মঙাংদা চৎকনি।

সুরন্ত— 'হুবু কয়িগুম্বা মতমদা
য়ানবা য়ানদবগা চয়েৎলবথু লাক্লবাদে।

যমুনা— কয়ম্বা চয়েৎনবা।

সুরন্ত— ঐনা হায়নি, ঐ ঈশৈ শকনি
মানা হায়নি, নঙ ঈশৈ শকপা য়াদে।
অহুগী মথক্ত হৌচেমা, কালা হায়বা 'সিদি
থবাই মুংঙাইত্রবদি থক চাওথৎপা য়াদে।

যমুনা— অহু ওইরবদি নঙনা খল্লিবহু কয়িনো ?

সুরন্ত— ঐ 'সুম লৈরসিরা, চংনবী'সিদা য়াওদনা।

যমুনা— নত্তে, নঙনা পামঙ্গিববু কয়িনো
মুপা'হু পামদে, য়ানিংদে হায়বগী বারা ?
নত্রগা নঙগী নিংজবা কনা লৈ, হায়দোকও।

সুরন্ত— ঐগী নিংজবা অমথক লৈ।

যমুনা— হায়য়ু কনানো ?

সুরন্ত— ঐগী সুরদা তত্তনা ভাওজবা মুপাহু।

[ফোন লাকপগী মখোল]

যমুনা— [ফোন পায়থৎলহুনা] কনানো ? … … ঐনে… …
ও! [ফোন পিবা] সে নঙগী ওইরমাল্লে।

সুরন্ত— [ফোন পায়রগা] কয়ি হায়বা ?
নিংশিংলক্লে হায়বা… … 'হুদি করে… …

*'ঙ্গদি করি হায়নিংই ... ... লাক্লগে... ...*

ফরে লাক্লো... ... থম্লগে [থম্বা]

যমুনা— করি হায়রক্লিবনো ?

সুরন্ত— মতম 'মদা ঐনা মাগীদমক্তা রাশকখি।

মঙ্গু ঙসিদি মহাক নিংশিংলক্লে হায়বক্লি।

যমুনা— নত্তে, নঙনা হায়রিবসিবু

নিংজবা অঙ্গগা লৈমিন্নগে হায়রগী রারা ?

সুরন্ত— নত্তে, চুম্না মুংশি হায়বনি,

য়ুম পানবগী রা নত্তে, য়ুমদি পান্নিংদে

মরমদি, ইশানা ইশাগী মুঙাইজবশিংসে মাংখিনি।

যমুনা— 'ঙ্গক লুবা রাখলঙ্গ কমদৌনা খল্লুরিবনো ?

সুরন্ত— 'সিদা ঙসাই লাক্লম্বা সুরেসকী পাউতাক খরদগী।

যমুনা— সুরেসকী পাউতাক খরদগী।

সুরন্ত— মাগ্নি! মানা পুন্সিবু অচুম্বা অকবা মওংদা খলহল্লি।

যমুনা— ফরে, 'ঙ্গবু ঐগী রাদি চৎনবীনা পুনবা মীওইবনি।

নঙগী তুংগী য়েংঙ্গনা নয়ুম নকৈ পাল্ল।

সুরন্ত— খংদে ইচেমা! ঐনা তৌগদবা করিনো ?

যমুনা— ফরে, ঐখোয়দি 'মুক য়োনবা তৌগ্রগে।

[ওলাং, পারি, তোমচা অমসুং ইবেনি থাবকপা]

ইবেনি— ফরে, নখোয় খর তৌয়না চখোরকউ।

পারি— অঙ্গদি অবোক ঐখোয়সু য়োনবা তৌজগ্রগে।

সুরন্ত ঐখোয় মুক য়োরগে, তাদ লৈহৌরো।

ওলাং— অরে, ইবুঙো লেংঙো !

তোমচা— লাকও ! লাকও ! ঐ অথাইফাও থিদোকপিগে।

[ময়াম চৎকে তৌবা—]

সুরেস— ঐ রাক্ষস অমা হায়দোকচগে লাক্লিবনি।

তোমচা— করি রাক্ষস?

সুরেস— ঐনা ঐগী তুংগী পুন্সিবু

আশা অমগা লোয়ননা থাজরম্বশিংছু থাজয়ক্লে।

অছুগী মথক্ত ইশানা ইশাবু মুংশিজয়ক্লে।

পারি— মছুগী অর্থ করিনো?

সুরেস— ঐনা হিংবতগী থনবা পুন্সি 'মনি নিংলম্মী।

মছু নৎলমক্লে! মছু নৎলমক্লে, অতোপ্পা অমা ওইরমলে।

তোমচা— করিনোনে হায়রিবছুবু, তাব তাবা ওমক্লে।

সুরেস— ঐনা থল্লম্মী! ঐগী ওইজবা থাদোকলুনা

সুরজগী পুন্সিবু, ঈপাক অমদগী চিংথৎনবা

মতুনা তোর্ব্বান্দ, অনৌবা সংসার অমগীদমক্ত।

পারি— করিনো নঙনা হায়নিংলিবদো তাব তাথো?

সুরেস— মাদ নঙনা সংসারদা লৈরিবা মিং তাংলবা

মীওইবা কয়াগী পুন্সিবু মীয়ুংশি পোক্লুই ঐনা

অছুবু তুজিক্তী থংলক্লে, মুয়া থংলক্লে।

কনা'মনা কনা'মত্তস্ত মুঙাইহনবা ওমদে।

'তুগা মাগুম্বগী পুন্সি কয়াগু ঐনা মুংশিদবা ওমদে।

তোমচা— নঙগী অপাম্বা করিনো?

সুরেস— ঐগা সুরন্তগা লুহোংবা অহু তোক্লসি
অহুবু মাগুম্বী কয়াগীদমক্ত ঐ হিংবদি পামলি
ঐনা গুম্বা মতেং পাংনিংবা অহুদি পোক্লি ।
তোমচা— নঙগী করি ননিং থুদবা লৈহনা হায়রিবনো ?
সুরেস— ঐ করিসু নিংবা থুংদবা হায়বহু লৈত্রে ।
অহুগা ঙসি নিংবা থুংবা হায়বহুসু লৈররোই ।
তোমচা— হায়বদি, মহুগী অর্থদি—।
সুরেস— অদোম্না হায়রিবা মতুংইন্না ঐহাক
মী মথল মরিগী মহু দা অহানবা মথলনা য়াওজররগে ।
মীওইবগী নিংতম্বসু মাংহল্লিংদে, ঐগী নিংতম্বসু মাংহল্লিংদে ।
ইশাগী ওইজবা থাদোক্তুনা মী খুদিংবু পেলহল্লিংই ।
অমথক্তগীদমক হিংলরোই, মীয়ামগীদমক্ত হিংজরগে ।
[থোকখিবা—]
পারি— ভাইথো, মানা হায়রিবসি করিনো ?
তোমচা— চৎলো, নথোর ময়াম'মুক্ত ভায়হনা পুরকউ ।
কনাগুম্বনা ইনশিল্লকপা মাল্লি; মরম্মাই রাথল নত্তে ।
অহুগা ঐসু গুকহ কৌরখিগে । [ময়াম থোকখিধা]
ইবেনি— হায়রিবা 'সিগী করি অর্থনোনে ? থনফম থংগোইদোরি ।
সুরন্ত— মানা ভাংবা তারগা মীওইবগী পুক্লিং হোংলকই
অহুগী মথক্ত মাদি ধর্ম্ম-কর্ম্মগী থবক্তা
মাই ওনশিনবা মীভানি, মশাগী ওইজবা খিদবা
মাগী মওংসি য়েংলগা করম্মসু লুংশিরোই ।

যমুনা— করিনো হায়রিবশিংসে, ? ঐ লোইনা গুক্রে ।

সুরন্ত— ইচেমা, পুং কয়া তারে ?

যমুনা—নিপাল তারকদোরে ।

সুরন্ত— অহু ওইরবদি, ঐগী ওরাংগী ঈশৈহু লাকনি

রেডিওহুম থারকউ, ঈশৈহুম তাসি

যমুনা— হায়গুম্মা ঈশ্বরনা 'তম্বা 'মা লাক্লগনি ।

ঈশৈহুম তাথোকসি, রেডিও খোংলুখিগে ।

—[দলান্দা কাথংখিবা]— [রেডিওদা]

হুজিক লৈজরে, ওরাং তৌখিবা, হন্দক চহিগী

অল ইন্দিয়া ম্যুজিক কম্পিটিসন্দা ফাষ্ট প্রাইজ ফংপ্রবা

কুমারী সুরন্তগী খ্যাল, রাগ ভৈরবী ।

ঈশৈ শক্লকপা হৌবা— [শক্লিহৈদ]

রাগ— [চংলকপা] ঐ 'মুক হল্লক্লে

নওগী ঈশৈগী ঈথক্তা য়াওরক্লে ।

সুরন্ত— নহাক নিংশিংলক্লব্রা ?

রাগ— নিংশিংলক্লে ।

[যমুনা দলান্দগী কুমথরক্লী]

সুরন্ত— হায়ঘু, নওনা ঐভোন্দগী পামলিবা রাশক্তু করিনো ?

অপাম্বা খুদিংমক ঐনা থুংহনবা ওমগনি ।

রাগ— মতম'চুম্না ঈশৈ শক্তুনা লৈয়ু ।—

মতুদনি ঐনা পামলিবা ঐগী রাশক ।

সুরন্ত— করি হায়রবা ! মতম চুপ্পা ঈশৈ শক্তুনা লৈয়্ব ।
ঐনা খঙরম্বা রাংখলগী রাংমদা, রাংখলগী রাংমদা ॥
[খাওনা] 'ছদি করিগীদমক্ত নওনা ঐগী পুন্সিবু কনবিররক্নি ?
রাগ— নওগী মতম অমগী ঈশৈদো—
মতম কয়াদ শকখিনবা; মতম কয়াদ শকখিনবা ॥
[রাগনা মুরুম মুরুম শোন্দুনা খোকখিবা]
যমুনা— রাগ !
সুরন্ত— ইচেমা !
যমুনা— মহাক চৎখ্রে, করি হায়রমলিবনো ?
সুরন্ত— মাগী মতম অমগী ঈশৈদো
মতম কয়াদ শকখিনবা, মতম কয়াদ কাওদনবা
মাগী মতম অমগী ঈশৈ, মতম অমগী ঈশৈ ।
যমুনা— সুরন্ত !
সুরন্ত— ইচেমা । [মুণ্ডাইতনা কোনশিনবিবা]

(লাই ওক)

লোইরবা ।

## কোঙথ্রবা

কেতুকী

থম্মোই-তেংথা

কনানা হায়বিগনি

কনাদনো হুক্কদবা

চিত্রকার

শ্রীনু

বাংমদা

---

কংফম— রাজ ষ্টোর; স্টার বুক হাউস অমসুং ইম্ফালগী লাইরিক
য়োনবা দুকান খরা।